# নাৎকী মচাকশিং
# মাংহন্দনা থম্বা





মুতুয়া ম্যুজিয়ম, ইম্ফাল

# নাৎকী মচাকশিং মাংহন্দনা থম্বা

ইডিতরস :

এস, নন্দকুমার শর্ম্মা

ডাঃ পিঃ গুনিন্দ্রো সিংহ



মুতুবা ম্যুজিয়ম, ইম্ফাল

ফোংবা : মুতুয়া ম্যুজিয়ম

লাইরিক মচা অসি মণিপুর সরকারগী
ইজুকেসন ডিরেক্টোরেটনা শেলগী মতেং পীরিবনি ।

১৯৮৮ ইং
অহানবা থুংনম

মমল লুপা ১২/-

নম্ফম : ইবোযাইমা প্রিণ্টরস, মোইরাংখোম মখা, লোক্লাওবুং ।

# ৱাহৈ খরদং

নাৎকী মচাকশিং মাঙহন্দনা থম্বা লাইরিক মচা অসি মুতুৱা মুজিয়মনা ১৯৮৪ ইংগী সেপ্টেম্বর তাং ৩০ দা পাঙথোকখিবা **Collection, Conservation and Preservation of Cultural Properties** সেমিনরদা পাখিবা পেপর মঙানা পুনশিন্দুনা পুথোকচবনি। লাইরিক মচা অসি ফোংদোক্কবা হোৎনবদা মণিপুর সরকারগী ইজুকেসন ডিপার্টমেণ্টনা শেলগী মতেং পাংবিরকখি। অহানবদাদি লাইরিক মচা অসি শেলগী মতেং নিবদা কলচরগী মচাকশিং করম্না ঙাক-শেনগদগে হায়না থাগৎচরুই অদুবু মমিং অসি নাৎকী মচাকশিং মাঙহন্দনা থম্বা হায়না ওন্তোকচরে।

মুতুৱা মুজিয়মনা ফোংখিবা লাইরিকশিংগী মম্লুংদা লাইরিকসিনা অহানবনি। লাইরিক মচা অসিনা লমদম অসিদা লৈবিবা নাৎকী মচাকশিং মাঙহন্দনা থম্নবা হোৎনবদা খরদা ওইববস্থু মতেং পাংবা ঙমগনি নিংজদুনা লাইরিক মচা অসি ফোংজবনি।

**মুতুৱা বাহাদুর**
ডিরেক্টর,
মুতুৱা মুজিয়ম, ইম্ফাল

# হিরম লামায়

# কনজার্বভেসন ওফ কলচরেল প্রোপ'টি

মমাংঙৈগী মমল নাইদ্রবা কলচরগী লম ওইরিবা অরিবা পোৎ-শিংবু তেকত-কাযদনা মখোয়গী হান্নগী যিডম অত্থুদা থম্নবা হোংনবা অসি তরায তরায়বা থবক নত্তে। অরিবা পোৎশিংবু মতৌ করম্না তেকত-কাযদনা থমগদগে হাযবসি খল্ল-নৈনদ্রিঙৈদা পোৎশিং অসি কম্নিনো যেংখিসি ঃ—

পোৎ (ওবজেক্ট) খুদিংমক মখোযবু শারিবা মচাক (মেতরিযেল) অত্থুগী মতুং ইন্না অনি থোক্না থাযদোকপা যাই— (১) ওর্গেনিক অমসুং ইনওর্গেনিক। ওর্গেনিক পোৎশিংদি, চে, শরু, শামুময়া অমসুং উগী পোৎশিংনি। ইনওর্গেনিক পোৎশিংনা স্না, লুপা, কোরি, যোৎ, মুংগী পোৎশিং ( মূর্তি, মুংদা মযেক্না ইরম্বা ), চক্কু অমসুং চক্কু মচেৎ অমসুং লিক্লিগী পোৎশিংনি। পোৎশিং অসিগী মরক্তা ওর্গেনিক পোৎশিংনা থর হেন্না মাংগল্লি অমদি কাযগল্লি। অত্থুবু পৃথিবী অসিদা মতম পুম্বা লেংদনা কায়দনা লৈবা পোৎ অমতা লৈতে। পোৎশিং অসিনা মনথরকপা, কাযথরকপা অসি মওং কযাদা ওইবা যাই। খুদম ওইনা হায়রবদা মখোযগী মওং-মতৌদা হোংলকপা নত্রগা মখোযবু শারিবা কেমিকেলশিংদু হোংলকপা যাই।

পোৎশিং অসিদা খ্বাযদগী মাং তাক্লবগী মশক ওইরিবসি মুংশিং অমদি মুংশিত্তা য়াওরিবা ঈশিংগী মরিক (ইয়ার এন্দ মোইষ্টর) নি। খুদম ওইনা হায়রবদা মতম কুইনা লৈমুংদা যুমত্থুনা লৈরুরবা পোৎ অমা, তৌথোক্লুনা মপালগী ঈশিংগী মরিক যাম্না যাওবা অম্নিংবা

মুংশিংকা থেংনহনবা মতমদা পোৎ অদু মওং-মতৌ কাযনা চিংশিন-লকপা নত্রগা পিকশিল্লকপা থোকহল্লি। অচোৎপা লৈবাক মন্নুংদা কুইনা লৈরুরবা পোৎশিংবু, থুনা কংহনবা মতমদা পোৎশিং অদুগী মওং-মতৌ কাযহল্লি অমদি অমাং-অতা থোকহল্লি। পোৎ অদুনা চফু নত্রগা মুংগী ওইরগনা কাইবা তোইবা থোকই। ঈশিংদা কুইনা ইতিংদুনা লৈরুরবা উ, বা, শামু ময়াগী পোৎশিংবু কংহনগ্রবা অদু ওইরবদি ঈশিংদা যনা তিংদুনস্ম মখোযবু হান্নগী যিভমদা পুরকপা ঙমলোই। থুমগী শরুক য়াওবা (এসিডিক সোইল) লৈবাক মন্নুংদা লৈরুরবা পোৎশিংবু, লৈন্নুংদগী মপালদা পুথোরকপা মতমদা মখোযদা য়াওরম্বা ঈশিং অদু কংথ্রগা থুমশিং অদুনা ক্রাইষ্টেল্লিজ তৌরকই। অস্নুম্না ক্রাইষ্টেল্লিজ তৌরকপনা মরম ওইদুনা পোৎশিং অদুবু শোক-হল্লি অমদি থুনা মাংহন্নবগী মশক ওই।

থুম (সোলটি সোইল) গী শরুক যাওবা লৈবাক্তদি ধাতুগী পোৎশিংবুস্ম মাং-তাকপা থোকহল্লি। থুদম ওইনা হাযববদা থুমশিং অদুনা মখোযবু চাথোকই (কোবোসন) অমদি তুমহল্লি। মতৌ করম্না, করি পাম্বৈনা পোৎশিং অসি তেকত-কায়দনা অমদি মখোযগী হান্নগী মওং-মতৌ হোংহন্দনা থমগদগে হাযবসি অমুক য়েংলসি।

## নুংনা শাবা পোৎশিংবু তেকত-কায়দনা থম্মবা পাম্বৈশিং ঃ

মমাংঙৈদগী, খুৎশা হৈরবশিংনা মুর্তি যুবা, দলাল শাবদা অকনবা, মচু ফজবা, মথল কযাগী মুং শিজিন্নবম্নী। মুংশিং অসিদা ময়েক্না হত্তুনা থনম্বস্ম থেংনৈ। মুংগী পোৎ-চৈশিং অসি মখোযবু শাবিবা মুং মথল অদুগী মতুংইন্না, লৌখৎকদবা পায়খৎকদবা পাম্বৈস্ম খেন্নৈ।

## ইগনিইস রোক

ইগনিইস রোকশিংগী মম্নুংদা গ্রানিক অমদি বাসোল্টনা খ্বাইদগী মরাং কাইনা ফংই। মুং মখল অনি অসি, অকনবা মহুপকুপ্পা অমসুং লেংদনা মতম কুইনা লৈগনবা মুংনি। মুং অসিবু মখোযনা হাম্না লৈরম্বা মফম অদুদগী অতোপ্পা ইনৌ নৌবা মফম অমদা পুখোক্লুনা থম্বা মতমদা অম ঃ অতা কযা খোকহল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা ক্লেওপাত্রাস নীদল হাযনা খংনবা গ্রানিবনা শাবা মুর্ত্তি অদু ইজীপ্টতগী লণ্ডন্দা পুশিন্দুনা থম্বা মতমদা অমাং-অতা কযা খোকখি। ইজীপ্টকী অশাবা মযমদগী লণ্ডনগী অইংবা মযমদা থম্বা মতমদা, পিংক মচুগী মুর্ত্তি অদু অমুবা অপাবা কুয়োম অমনা কুপ শিল্লকখি অমসুং অইংবা উনগী মুংশিংকা থেংনবা মতমদা মচেৎ মচেৎ কেনলকখি। মুংগী মুর্ত্তি অদুবু কম্নবা বৃটিশ ম্যুজিযমনা থবক কযা লৌখৎখি। লৌখৎখিবা থবকশিং অদুদি, মুংগী মুর্ত্তি অদুবু শেংদোকপা, কংহনবা অমদি ঈশিং চংদনবা হোৎনবনা ওইখি। মুং অদুবু শেংদোকপগী থবক অদুসু অবাইবা ওইখিদে। অমুবা মচুনা চুশিনবা অদু কোক্লবা ওর্গেনিক সোলভেন্টশিংনা শেম্বা সোলুসন অমা শিজিন্নখি। সোলুসন অদু কার্বোন টেট্রাক্লোরিডকী ভোল্যুম ৯ গা বেনিজেন ইমুসসিফাইদকী ভোল্যুম ১ দা লিসাপোল এন,গী শরুক অমা যানশিল্লগা শেম্বনি। অদুম্না শেংদোক্লবা মুং অদু নিংথিনা কংহল্লবা তুংদা খোইরু (পেরেফীন রেকস) তৈশিন্দুনা মতম কুইনা তেবত-কায়দনা থম্নবা হোৎখি।

## সেদিমেনটরি রোক

**সেন্দষ্টোন এণ্ড লাইমষ্টোন** ঃ—মুং মখল অসি অপিকপা অকনবা লৈঙোয়না পুনশিন্দুনা শাবনি। থজিক্তুং কায়বদা লৈঙোয়-শিং অদু ফরোং ফরোং নিংখাইদুনা উফুল ওনখি। মরম অসিনা মুং

মখল অসিনা শাবা পোৎশিংবু তেকত-কাযদনা থম্নবা হোৎনবা অসি অরায়বা থবক নত্তে। মুং অসিগী মখল থরদনা মশাগী ওইবা কুয়োম অমা শেমজরকই, কুযোমদুনা থরমখৈ কাযবা তোয়বদগী কল্লি। লাইমষ্টোনশিং অমসুং সেন্দষ্টোনশিং অসি সহরগী সলফর দাইওক্সাইদ য়াওবা হবা-নুংশিৎকা থেংনহনবা মতমদা মখোয়দা অমাং-অতা কয়া থোকহল্লি।

লৈন্নুংদা লৈবা লাইমষ্টোন অমসুং সেন্দষ্টোনগী পোৎশিংনা লৈবাক্তা য়াওবা থুমগী শরুকশিং চুপশিনলি। চুপশিনগ্রবা থুমশিং অসিনা মপালগী কুযোমদা ক্রাইষ্টেল্লাইজ তৌরকপা মতমদা পোৎ অদুবু মচেৎ মচেৎ কাইহল্লকপা যাই। কাযরকপা থোকলবদি মুংগী পোৎ অদুদা ইরম্বা মযেক নত্রগা হকলম্বা লৈতেংনচিংবা পুম্নমক মাংথিগনি। অসিগুম্বা যিভমদা মুং অদুবু তেকত-কাযদনা থম্নবা উপাযদি, যাওরিবা থুমগী শরুকশিংদু লৌথোকপা নত্তনা লৈতে।

করিগুম্বা সোলুবল সোলটশিং অদুনা ক্রাইষ্টেল্লাইজ তৌদ্রিবা ওইরগদি, মুংগী পোৎ অদু ঈশিং হাপলবা গ্লাস নত্রগা প্লাষ্টিকী পাত্র অমদা লুপশিন্দুনা থমগনি। সোলুবল সোলটশিং অদুনা ক্রাইষ্টে-লাইজ তৌরগদি, থুমগী ক্রাইষ্টেলশিং অদু হাম্না তবথোক্লুনা লৌ-থোকনি, মতুংদা ঈশিংদা লুপশিনগনি। মুং অসি চামথোকপা মতমদা হার্ড ব্রাটরদি শিজিন্নবা যাদে। চামথোকপাদা শিজিন্নরিবা ঈশিং অদু ক্লোরাইড য়াওরিব্রা খংননবা সিলভর নাইট্রেট শিজিন্নদুনা য়েংগনি। ক্লোরাইড যাওরিবমখৈ ঈশিং শিন্দোক্লুনা মুং অদুবু শেংদোকনি। অরোইবদা, দিষ্টিল্লেদ ব্রাটর শিজিন্নদুনা মুং অদু চাম-থোক্লগা কংহনবা যারে। থর থুনা চামথোক্কে হায়রগনা শিজিন্নরিবা ঈশিং অদু ৬০° সি ফাওবা শাহনবা য়াই। চামথোকপগী থবক চৎ-থরিভৈদা মুং অদুবু মরক্তা কংহনখিবা য়াদে।

পাম্বে অসিনা থুমশিং অত্থুবু ফজনা লৌথোকপা ঙম্মী। অত্থুবু মুংগী পোৎ অত্থুনা য়াম্না শোল্লবা নত্রগা ফিভম ফত্তবা ওইরগদি পোৎ অত্থুবু হাম্না কনশিন্নবা হোৎনবা তাই অত্থুগা পেপর পল্প শিজিন্নত্থুনা থুমশিংবু লৌথোকপা তাই।

## পেপর পল্প শিজিন্নদুনা থুমশিং লৌথোকপা ঃ

পেপর পল্প ইফং ফংবা পোৎনি। ফংদবা থোক্লগদি দিষ্টিল্লেদ ৱাটবদা ব্লোত্তিং পেপর হাপ্লগা শোইনগনি। অত্থুগা চৈ অমনা শিজিন্নত্থুনা ব্লোত্তিং পেপরবু মচেৎ মচেৎ ভানা শেগাইগনি। শেগাই-বদা থোক্লকপদা চে অত্থুগী মশিং (ফাইবর) শিং অত্থুনা পুনশিল্লগা পেপর পল্প শেম্বা যাবে। পল্প অসি ইংথববা মতমদা মুংগী পোৎ অত্থুদা সেন্টিমিটর ২-৩ থানা নপশিনগনি। অহানবদা, পল্প-তগী ঈশিং অত্থু মুং অত্থুনা চুপশিনখিগনি। চুপশিনখিবা ঈশিং অত্থুনা ইভাপোরেসন তৌবকপা মতমদা থুমশিং অত্থুনা পল্প অত্থুগী মথক্তা ইনক্রুষ্টেসন তৌববই। অস্থুম্না থুমশিং অসিবু লৌথোকপা যাই। পল্পকী কুযোম অসি চযোল অত্থুমগী মতুংদা লৌথোক্লগা অনৌবা কুযোম অমমুক শিন্দোক্কনি। করিগুম্বা থুমগী শরুক যাম্না যাওরগনা অমুক হন্না পল্প শিজিন্নগনি।

মুংগী পোৎ অসিদা লৈত্তংগী যেক-পোৎপা যাওরগনা, পোৎ অত্থুবু হাম্না সোলুবল নাইলোন্দা ইথিল অালকোহোল নত্রগা মেথিলেটেদ স্পীরিত তিনশিন্নবগা শেম্বা সোলুসন অমনা য়েকপদা শিজিন্নরিবা মচুশিংত্থু লেংদনা থম্লগা তৈশিনগনি।

থুমগী শরুকশিং লৌথোক্লবা তুংদা মুংগী পোৎ অত্থু মতম কুইনা থম্বা য়ানবা মহি লাংথোকহল্লবা খোইরু (ব্রেক্স) গী টেঙ্ক অনদা লুপশিন্দুনা মশা পুম্বা খোইরু তৈশিনগনি।

**মারবল** ঃ—মারবলবু মুর্ত্তি, ফুবা, লাইশং অমদি অতৈ লৈতেংগী পোৎ-চৈ শাবদা থ্বায়দগী ভেম্না শিজিন্নৈ। মারবলনা শাবা পোৎশিংবু ম্যুজিয়মদা লেংদনা থমগে হায়রবদি তত্তনা উফুল থাংদনবা অচৌবা উচেক মতুগী ব্রশ নত্রগা অমোনবা ব্রশ অমনা কনথোক্কনি। অদুগা সোলত সোপ (বিঃপিঃ) গ্রাম ১০, দিস্তিল্লেদ ৱাটর মিঃমিঃ ১০, এমমোনিয়া (০.৮৮) মিঃলিঃ ১ শিজিন্নদুনা মরক মরক্তা শেংদোক্কনি। সোলুসন অসি অপিকপা মফম অনতমক অথোৎপা, অমোনবা ব্রশ শিজিন্নদুনা শেংদোক্কনি। শেংদোক্লবা মফম অদু অমোনবা তাউবেল অমনা কংনা তৈথোক্কনি। অস্তুম্না মশা পুম্বা শেংদোক্লবা তুংদা, পোৎ অদু শেংদোক্লবা (দিস্তিল্লেদ ৱাটর) ঈশিংনা সাপোনগী মরেকশিংদু ফজনা চামথোক্কনি।

মারবলবু চহি কয়া হুন্দোক্তুনা থম্লবদি অমোৎপনা মশাদা কল্লা নপশিল্লকই, অমস্তুং নপশিল্লক্লিবা অমোৎপশিংবু মথক্তা পনখ্রিবা সোপ সোলুসননা চামথোকপা তকথোকপনা কোকহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা মতাংদা পেইণ্ট স্ত্রিপ্পর হায়বদি গ্রীন লেবেল নাইত্রোমো-রাসবু অমোনবা ব্রশ অমা শিজিন্নদুনা মারবলগী মশা পুম্বা তৈশিল্লগা পুং ১ রোম থমগনি। পুং ১ থম্লবা তুংদা দিষ্টিল্লেদ ৱাটরনা চাম-থোক্লগা মত-পেক হায়না খংনবা (সেপিওলিট এর এক্তাপুলগিত) না শেম্বা পাষ্ট অসিনা মশা পুম্বা তৈশিনলগা পুং ২৪ থমগনি। মত-পেক অসি লৌথোকপা মতমদা থরতমক লৌথোক্লগা মফম অদু শেংদোক্লবা ঈশিংনা (দিষ্টিল্লেদ ৱাটর) না চামথোক্লগা কংনা তৈথোক-কনি। অস্তুম্না শেংদোক্লবা মারবলগী পোৎ অদু উফুল থাংদন' পোলিইথেতিন গ্রেকোল রেক্সনা মশা পুম্বা তৈশিনলগা থমগনি।

## লুপানা শাবা পোৎশিং শেংদোকপা অমসুং তুং কোইনা থম্নবা পাম্বৈশিং ঃ

লুপা, অথোৎপা অঙৌবা ধাতুনি। মমাংঙৈদগী লৈতেংগী পোৎ-চৈ অমদি পৈশা শাবদা শিজিন্নৈ।

লুপানা শাবা পোৎশিংদা তুমশিনলকপা, মাংশিল্লকপা ( কোরোসন ) নত্রগা কোরোসন থোকহল্লিবা অদু কোকহন্নবা ইলেক্ট্রো-কেম্মিকেল মেথদ শিজিন্নতুনা থিংবা ঙমই। পাম্বৈ অসি ফোর্মিক অসিদ শিজিন্নতুনা পাংথোকই। করিগুম্বা ফোর্মিক এসিদ অসিনা কোরোসন অদুবু কোকহনবা ঙমদ্রগদি জিঙ্ক অমসুং এলুমিনিযম পাউদর নত্রগা জিঙ্ক অমসুং কাউষ্টিক সোদা যানশিনলগা, মিক্সচর অদুবু মৈদা মতম থরা শাহনগনি। অসুম্না হান্নগী ফিভমদা লুপাগী পোৎ অদুবু পুরক্নবা হোৎনগনি। অসুম্না হান্নগী ফিভমদা পোৎ অদু প্ৰবক্নবা হোৎনগনি। শেংদোক্নবা লুপাগী পোৎ অদুদা পকলম্বা কোরোসনগী লেমহৌবা শরুক অদু লৌথোক্লগা হান্নগী পোৎ অদুগী মচু অদু হনজিনহল্লগা গ্লাস রোদ অমনা তক্কনি। অসিগী তুংদা লুপাগী পোৎ অদু দিষ্টিল্লেদ ৱাটরদা বোইল তৌরগা শেংদোকই। শেংদোক্নবা লুপানা শাবা পোৎ অদু ওভেল অমদা ১০৫° সি মৈশাদা কংহনগনি।

লুপানা শাবা পোৎ তামা সিলভর ক্লোরাইদ নত্রগা সিলভর সলফাইদকী অথাবা কুযোম অমনা কুপশিনখিবা থোক্নবা অদুগা কুপশিল্লিবা কুয়োম অদুগী মথাদা লুপাগী শরুক যজনা লৈরবা অদু ওইরবদি কুয়োম অদুবু এলেক্ট্রো-লাইতিক রিদক্সনগী মতেংনা লৌথোকপা শেংদোকপা ঙমই। পাম্বৈ অসি কাউষ্টিক সোদা (চামদা ৫) সেলুসননা ইলেক্ট্রোলাইট ওইনা অমসুং আইরন নত্রগা ষ্টীল ইলেক্ট্রোদ ওইনা শিজিন্নরগা পাংথোকই। অসুম্না শেংদোকপা মতমদা

মপালগী কুযোম অদু পাউদর ওল্লক্রবা মতমদা লায়না শেংদোকপা যাই। অসুম্না অকনবা কুযোম মখাদা লৈরবা লুপাগী শরুক অদু ফজনা থম্না যাই। কাউষ্টিক সোদাগী মহুৎতা ফোর্মিক এসিদ (চামদা ১৫) না ইলেক্ট্রোলাইট ওইনা শিজিন্নবসু যাই। করিগুম্বা শেংদোকত্রিবা লুপানা শাবা পোৎ অদুদা কোবিগী (কোপর) শরুক যাওবগদি, শেংদোকপা মতমদা কুযোম অমনা লুপাগী পোৎ অদুবু কুপশিনলকপা য়াই। কুযোম অসি চামদা ২০ সিলভর নাইট্রেটকা শেংদোকলবা ঈশিংগনা শেম্বা সোলুসন অমদা লুপশিনলগা লাইনা তকথোকখিবা যাই।

লুপানা শাবা পোৎশিংদা অশংবা কুযোম্না যোমশিনলকপা লৌথোকনবা পাম্বৈ কযাম্রক লৈ। অশংবা কুযোম অদু তকথোকতুনা নত্রগা কোৎথোক্তুনা লৌথোকপা যাই। মসিদা লৈহৌবা শরুক অদুনা সোলভেন্টশিং শিজিন্নদুনা লৌথোকপা যাই। শিজিন্নগদবা সোলভেন্টশিংদি, এমোনিযা পোতাসিঅম সাইনাইদ, ফোর্মিক এসিদ, সিলভর নাইট্রেট, সিট্রিক এসিদ অসিনচিংবনি।

**সিলভর কোইন ঃ** লুপাগী পৈশা শাবদা অতোপ্পা ধাতু কযামসু য়াওই। পৈশাশিং অসিনা শোকথরকপা মনথরকপা অসি মখোযদা য়াওরিবা ধাতুশিং অদুগী মগুণ অমদি মখোযনা লৈরিবা মফম অদুগী মখা যাম্না পোল্লি। লুপাগী পৈশাশিং শেংদোকপগী থবক পায়খৎত্রিঙৈদা, পৈশা অদুগী মশক মুন্না খংদোক্নি। অসুম্না মশক ফজনা খংলবা তুংদা, পৈশাশিংদুগী ফিভমগী (কনদিসন) মতুং ইন্না কাংলুপ কয়া থোক্না খাযদোকপা যাই। কাংলুপ কাংলুপকী ওইনা শেংদোকপগী থবক অদুসু খেন্নগনি। খুদম ওইনা হায়রবদা পৈশা খরা অমদি অমুবা, খোইরু মচু মানবা কুযোম্না কুপশিনলম্বা য়াই। (সলফাইদ ইনক্রুষ্টেসন) অসিগুম্বা পৈশাশিংদুদি শেংদোক্লগা,

কংহনলগা থম্বা যারে। পৈশাশিংসে অমগা অমগা নপশিন্নগল্লি। নপশিনথবা পৈশাশিং অদু ফোর্মিক এসিদ নত্রগা স্লিফিক এসিদতা তিংবদা তোঙান তোঙান তারকই। তোঙান তারবা পৈশাশিংদু কাউষ্টিক সোদা সোলুসনগী মতেংনা শেংদোকপা য়াই।

সহরগী হরা-মুংশিংকা থেংনবা মতমদা লুপাগী পোৎশিংদা সিলভর সলফাইদকী অপাবা কুয়োম অমনা কুপশিনলকই। কুযোম অসি ফ্রেন্স চোককা মেথাইলেতদ স্পীরিত অমদি এমমোনিয়াগী ড্রোপ খরগা যান্নরগা শেম্বা পাষ্ট অমনা অমোনবা ফি শিজিন্নদুনা শেংদোকপদা লায়না চৎখিগনি। কুযোম অসি অমুক হন্না কারকত্ত-নবা পোৎ অদুবু তোয়না তৈথোক-নানথোকনি।

## কোরিগী পোৎশিংবু শেংদোকপা, অমদি তেকত-কায়দনা থম্বা

কোবিনা শাবা পোৎশিং, অচোৎপা ( দম্প ) লৈবাক মন্নুংদা মতম কুইনা লৈবকপা মতমদা পোৎশিং অসিগী মশক মাংথবকই। নত্রগা হোংলকই লোযননা অশংবা অকনবা কুযোমনা কুপশিনলকই। অশংবা কুযোম অসিদা ক্লোরাইদ যাওদ্রবদি কুযোম অসিনা পোৎ অদুবু অশাং-অতা কয়াদগী কান্ন।

এসিদিক সোইলদা লৈবা কোপ্পি অমদি কোরিগা অতোপ্পা থাতুগা য়ান্নরগা শাবা পোৎশিংনা ক্লোরাইদকা থেংনবা মতমদা কপরস ক্লোরাইদ শেম্মী। কপরস ক্লোরাইদকা মুংশিল্লা যাওবা ঈশিংগী মরিকশিংগা থেংনরগা কোরোসন থোকই। কোরোসন অদু হেন্না কনশিলহল্লি। মসিগী ফলনা পোৎতুগী মমায় ( সরফেস ) দু মচুৎ মচুৎ নাইরকই অমসুং পাউদরি ওইরকই। হাযরিবা মওং অসি ব্রোঞ্জদা তোয়মা থেংনৈ, মসিবু ব্রোঞ্জ দিসীজ হায়না খংনৈ।

কোরিগী পোৎশিংবু তেকত-কায়দনা থম্নবা হোৎনবগী মরু ওইবা থবক্তি কপরস ক্লোরাইদশিং অসিবু লৌথোকপনি। কলরস ক্লো-রাইদ অসি ঈশিংদা চাখথোকপনা কোকহনবা ঙমদে, মরমদি মখোযসি লায়না তুমহনবা ঙমদে ( ইনসোলুবল ) অমম্নুং কোরিগী মন্নুং চংনা লৈ। কপরস ক্লোরাইদ লৌথোকনবা পাম্বৈ অনি লৈ।

## অহানবা পাম্বৈ ঃ

শিজিন্নগদবা সোলুসনশিং ঃ

সোলুসন নং (১)—এলকালিন রোকেললে সোল্ট ঃ— সোলু-সন অসি কাউস্তিক সোদা ৫০ গ্রাম, অইংবা ঈশিং লিটর অমদা য়ানশিনলগা বোকেল্লে সোল্ট ( সোদিঅম পোতাসিতম তরত্রেট ) ১৫০ গ্রাম য়ানশিনলগা শেম্মী।

সোলুসন নং (২)— এলকালিন গ্লাইসেরোল ঃ— কাউসিফক সোদা ১৫০ গ্রাম অইংবা ঈশিং লিটর অমদা তুমহল্লগা, ৪০ মিলিঃ গ্লাইসেরোল অমদা য়ানশিনলগা সোলুসন অসি শেম্মী।

সোলুসন নং (৩) ঃ— দিলুত সলফরিক এসিদ ঃ— পাইবেস বীকর অমদা অইংবা ঈশিং লিটর অমগা কনসেননত্রেটেদ সরফরিক এসিদ ১০০ গ্রামগা তিনশিনলগা সোলুসন অসি শেম্মী।

সোলুসনশিং অসি শেমলবা তুংদা, শেংদোকদবা পোৎ অদু সোলুসন (১) নত্রগা (২) দা তিংলগা, অকনবা কুয়োম অদু থো-তোকত্রি ফাওবা থমগনি, থোতোকলবা কুযোম অদু তকথোকতুনা য়ারিবখৈ লৌথোক্কনি। পোৎতু তিংতুনা থম্বা মতমদা মচু লৈতবা (কোলরলেস) রোচেল্লে সোলুসন অদু অয়াকপা নীমগী ( ব্লু ) মচু ওইরক্কনি। অম্নুম্না শেংদোকলবা পোৎ অদুদা কপরস ওক্সাইদ ( কপরিট ) কী শরুক থরদি লৈহৌরিবা কপরিট অসি তকথোকনবা

পোৎ অদু তিংদুনা অশাবা মফম অমদা থমলগা মরক মরক্তা লৌ-থোকুনা তকথোক্কনি। কপরিটশিংদু লৈরিবরা খংননবা পোরকেৎ লেনস শিজিন্দুনা। অমুম্না কপরিটশিং লৌথোকলবা তুংদা পোৎ অদু অরোযবা ওইনা ইলেক্ট্রোলাইতিক রিদবসন তৌগনি। রিদক-সন তৌরবা পোৎ অদু শেংনা চামথোকলবা মতুংদা কংহনলগা তুং-কোইনা থম্নবা পেগ্রাফিক রেক্স নত্রগা লেকক্যার তৈশিন্দুনা থমগনি।

**অনিগুবা পায়ে ঃ—** কোরিগী নত্রগা ব্রোঞ্জগী পোৎ অদু চামদা ১০ দেতারোল সোলুসন লুপশিন্দুনা থম্বা কপরিটকী ইনক্রু-ষ্টেসন অদু কোকহনবা ঙম্মী। পোৎ অদু তিংদুনা থম্বা মতমদা সোলুসন অদুগী মচু যাকশিনলক্লবদি অনৌবা সোলুসন অমমুক শিন-দোক্তুনা পোৎ অদুবু তিংগনি অমুম্না তিংথোক্লবা পোৎ অদু অরোই-বদা ইলেক্ট্রোলাইতিক রিদকসন তৌগনি। রিদকসন তৌরবা পোৎ অদু শেংনা চামথোক্লবা মতুংদা কংহনলগা খোইরু তৈশিন্দুনা থম্বা য়ারে।

**য়োৎ অমসুং ষ্টীল ঃ—** যোৎ যাম্না কোলহিং কাগনবা পোৎনি। য়োৎকী পোৎশিং লেবোরেটোরীদা শেংদোকপগী থবক লৌথৎত্রিভৈদা পোৎ অদুগী ওইরিবা ফিভম ( কনদিসন ) অদু হায়া যেংবা তাই। করিগুম্বা কোলহিংগী কুয়োম অদুদা ক্লোরাইদকী শরুক যাওব্রবদি পোৎ অদু লৈবিবা ফিভম অদুদা ম্যাজিয়মদা অদুম থম্বা করিসু কাযদে। কোলহিংগী পোৎ অদুগী কোব ফাওবা চাথোকপ্রবসু লেংদনা পোৎ অদু থম্বা যাই। করিগুম্বা কোলহিং কাধা অদুনা লেপত্রিবা ওইরগদি থিংবা তাই। কোলহিং কারিবা মফম অদু পোৎ অদু য়েংলগা খংবা ঙম্মী। কোলহিং কাবা মফমগা, কাদবা মফমগা খেন্নগনি। কোলহিং কারিবা মফম অদু চোৎথোক্কনি।

### কোলহিং লৌথোকপা অমসুং থিংবা ঃ

য়োংকী পোং অমা হান্নগী ফিভমদা পুরক্লবা পাম্বৈ ওইনা রিদকসন তৌনৈ। কাউস্তিক সোদা সোলুসননা ইলেক্ত্রোরাইতিক অদুগা ষ্টেনলেস স্তীলনা এনোদ ওইনা শিজিন্নরগা ইলেক্ত্রোরাইতিক রিদকসন চংথগনি। নত্রগা জিন অমদি কাউস্তিক সোদা সোলুসন শিজিন্নরগা ইলেকত্রো-কেমিকেল রিদকসম তৌরবস্থ য়াই। ইলে-ত্রোলাইটিক রিদকসনগী অশোনবা অমনা য়োংকী পোং অদুগা ইলেক্ত্রিক করেণ্টশিংগা শম্নরক্তবা যাই। অসিগুম্বা মতাংদদি কোলহিং কুয়োম হান্না যারিবমখৈ মেকানিকেল মীনসনা লৌথোকপা কান্নৈ।

রিদকসন লোইরগা পোং অদু অইংবা ঈশিংনা শেংদোক্লনা পোত্রুদা পকলকপা যোংথিশিংদু লৌথোক্কনি। অসিগী তুংদা ক্লোরাইদশিং লৌথোক্লবা, দিস্তিল্লেদ ৱাটরগা লোযননা পোং অদুবু ফুংকনি। শিজিন্নরিবা ঈশিং অদু ক্লোরাইদশিং য়াওরিবরা থংনবা সিলভর নাইত্রেট টেষ্ট তৌদুনা যেংগনি। ক্লোরাইদশিং লৌথোক্লবা তুংদা পোং অদু অশাবা ওভেল অমদা পুং ২৪ কংহনগনি। কং-হল্লবা পোং অদু কোলহিং অমুক কাবক্তনরা মাইক্রোক্রষ্টেল্লিন ৱেক্স নত্রগা লেক্কাব মশা পুম্বা তৈশিনগনি।

ইলেক্ত্রোলাইতিক রিদকসন তৌবা যাদবা পোংশিংবুনা কাউ-স্তিক সোদা সোলুসন্দা যুংকনি। পাম্বৈ অসিনা যাম্না মায় পাকনা কোলহিংবু লৌথোকপা ঙম্মী অদুবু ক্লোরাইদ থরদি পোং অদুদা লৈহৌই। মরম অসিনা পাম্বৈ অসি তুং কোইবা য়াদে।

কোলহিং কারবা যোংকী পোংপু সোদিঅম সেক্কাইকার্বোনেট শিজিন্নদুনা শেংদোকপা য়াই। শেংদোকপগী প্রোসেস চাওরাক্না চয়োল ৪-৫ চংই। অতোপ্পা রষ্ট সোফটনেস অমসুং সোলভেণ্টস শিজিন্নদুনা কোলহিং লৌথোকপস্থ য়াই।

অসুম্না শেংদোক্লবা যোৎকী পোৎ অদু অমুক হন্না কোলহিং কারক্তনবা অমদি মতম কুইনা থম্বা যানবা মশাপুম্বা ৱেক্ল তৈশিনগনি। তৈশিনবদি, মহি লাংথোকহনলবা ৱেক্লতা পোৎ অদু লুপশিন্দুনা কোংগোল অমতা থোকলকত্রবা কান্দা লৌথোক্কনি। অচৌবা ওই-রগনা হোট-এযার-ব্লোৱার শিজিন্নদুনা পোৎ অদুগী মশা পুম্বা ৱেক্ল তৈশিনগনি নত্রগা ব্রশ অমা শিজিন্নদুনা তৈশিনগনি।

## কনজরভেসন ওফ আর্কিওলোজিকেল মেনুস্ক্রীপ্টস ঃ

মমাংলৈগী লাযশং, ফুরা, কোন্নুংনচিংবা তেকত-কাযদনা হান্নগী ফিভমদা থম্নবা হোৎনবা অসি অরাযবা থবক নত্তে।

ইউরোপকী লৈবাকশিংদদি পৃথিবীগী অনিগুবা লানজাওদা মাং-তানহনখ্রবা মোন্নুমেন্টশিংবু, পুমনৌ নৌনা হান্নগী মশক অদুগা চপ মান্ননা শেম-শাজিনবগী থবক চৎথখি। ঐখোযগী লৈবাক্তদি হান্নগী লৈরমলিবা ফিভম কাযদনা শেম-শাজিনবা ওইনা তৌই, অদুগা যারিবমথৈ ইনৌ নৌনা হান্নগী অদুগা মান্ননা শাবগী থবক অসি পাযখৎতে। করিগুম্বা মোন্নুমেন্ট অদুন' মাংখ্রবা, যাওদ্রবা নিংথায-দুনা পুম্মাং মাংখিবা যাবগী ফিভম নত্রবদি মোন্নুমেন্ট ১ গী মাংখ্রবা, য়াওদ্রবা শরুক মেনশিনবা, শেমজিনবগী পাযখৎলি। খুদম ওইনা ১৯৫৭-৫৮ তা চিতোগ্রাহদা লৈবা য়ানা কুমভেগী কোন্নুং শেমজিন শাজিনবদা পায়খৎখিবা থবকশিংদা পনবা যাই। কোন্নুং অসিগী মথক্কী দোম অদু নিংথাযগ্রে অদুগা নিংথায়হৌদবা' শরুকশিং অদুনা য়ান্না কিনিংঙাই ওইবা মওংদা যাম্দুনা লৈরম্মী, দোম অদুবু পুরম্বা উগী অচৌবা বীমশিংদু নিংথাযখিবগা লোযননা নাকনগী ফক্লাংশিংদুসু ঙাক্লনবা যাওদনা লৈরম্মী। কোন্নুং অসি শেমজিনবা মতমদা পুমনৌ নৌনা হান্নগী মশক মওংগা মান্ননা শেমজিন শাজিনবগী মহুৎতা

নাকলগী যক্লাং অমসুং অতৈ অশোনবা শরুকশিং অদু হাপ্পা শিজিন্নরম্বা মচাক ( মেতরিয়েল ) অমদি সিমেণ্ট অমদি কনক্রেট শিজিন্নদুনা কনশিনহল্লগা নিংখায়গ্রবা দোমগী শরুক অদুতমক ইনৌ নৌনা শাখি।

মোমুমেণ্টশিং অসিবু শেম শাবদা শিজিন্নগদবা পোৎশিং অদুস্থ চেকশিন্না থনগদবনি। মমাংঙৈ য়ুম-কৈ শাবা মতমদা য়োংকী পিনস অমসুং দোরেলশিং শিজিন্নবগী হায়রিবা পিন অমদি দোরেল অসি মতম কুইনা শিজিন্নরকপদা বোলহিং কারক্কুনা চাওথোকহল্লকই, অস্থুন্না চাওখৎলকপনা মরম ওইদুনা চেকশিংদু মচেৎ মচেৎ কাইরকই নত্রগা মই চৎলকই। অসিগুম্বা মতাংদা তুংকোইনা চৎকদবা অমদি অকায অতোয থোকলোযদবা পোৎ শিজিন্নবা ফৈ। হাযরিবা অসি য়ুমথক অহোবা মেন্নবা কম্পাউণ্ডশিং অমদি অতৈ পোৎ শিজিন্নবা তারবস্থ হান্না. চাং যেংগনি অদুগা শিজিন্নগনি।

মোমুমেণ্টশিংবু য়াম্না মাং-তাকপা থোকহল্লিবদি, মখোয়গী হৌজিনলকপা, মরা চৎশিনলকপা পাম্বীশিংনি। পাম্বীশিং অসিবু মতম চানা লৌথোকহৌদবদগী মমাংঙৈগী অরিবা মোমুমেণ্ট কয়া মাংগ্রবনি।

মোমুমেণ্টশিংবু তেবহন-কাযহন্দনা থম্নবা মখোযদা অমাং-অতা থোকহল্লিবা হবা-মুংশিং, অইং-অশাদগী ঙাকশেনবগী থবকস্থ পায-খৎপা তায়। খুদম ওইনা কোনারক্কী সন টেম্পল অমসুং মহাবালিপুরমগী সোর-টেম্পল, অসিবু ঙাক-শেনবদা লৌখৎখিবা থবকশিংদু য়েংশি। সন-টেম্পলগী কম্পাউণ্ড অসি সমুদ্ররোমদগী শিৎচিল্লকপা মুংশিৎমা পুশিল্লকপা, উফুলনা কুপশিলম্মী। উফুলশিং অসিনা টেম্পল অসিগী প্লিন্‌থকী শরুক থরস্থ কুপশিনখিরম্মী। উফুলশিং অসিনা টেম্পল অসিবু মওং কায়াদা মাংতাকপা থোকহল্লম্মী। উফুলশিং অসিবু থিংননবগীদমক্তা টেম্পল অসিগী অকোয়বদা কেস্থরিনাশিংবু কুংনা থাদুনা লৈঙোয়শিংদু ঙাকথোকহন্নবা হোৎনখি।

মহাবালিপুরমদা লৈবা সোর টেম্পল অসি সমুদ্রগী খোংবান্দা লৈবনা, সমুদ্রগী তত্তনা কারকপা ঈথক-ঈপোমনা য়েবদগী পুম্মাং মাংথিগদবদগী কন্নবা, টেম্পল অসিগী অকোয়বদা গ্রোইনে হাল অমা শেমদুনা, ঈথক-ঈপোমশিংদগী কনথি।

মোনুমেণ্টশিংবু তেকত-কাযদনা থম্নবা হোৎনবদা, মঙং-মতৌ কাযদনবা মশক মাংদনবা থবক পায়খৎপনা লোযবা নত্তে। মোনু-মেণ্ট অদুনা লৈরমলিবা মফম অদুসু শেমগৎ শাগৎপা তাই, মমাংঙৈগী মতৌগুম্না থুদম ওইনা হাযরবদা মোনুমেণ্ট অদুগী মনাক্তা, অকোয়বদা লৈকোন হৈকোন লৈরম্মী হাযবা খংলগনা হান্না লৈরম্বা হৈকোন লৈকোল অদুগা চপ মান্নবা অমা থম্নবা হোৎনবা তাই। তাজ মহলগী অকোযবদা লৈরিবা মুগল গার্দেননা তাজ মহলবু হেন্না পুক্নিং চুনবগী মশক ওইহল্লি। মরম অসিনা লৈকোল অদুবু মোনুমেণ্ট অদুগা চুননা শেম্বা তাই। সহর শেমগৎ চাওথোকহনবা মতমদসু, মোনুমেণ্টশিং অসি শোকতনবা অমদি মশক থিহন্দনবা মঙং যেংদুনা থবক পায়খৎপা তাই।

মণিপুরদা মখল মথেলগী মমাংঙৈগী মোনুমেণ্ট কয়া অমা লৈরি। অরাবদি মোনুমেণ্টশিং অসিগী মরক্তা মাংথিবা যাবা কযা লৈরে, থুদম ওইনা, গম্ভীর সিংহ মহারাজগী লংথবালদা লৈরিবা কোমুংগী স্নথোং তংখায অমদি নিংথায়দুনা মাংখ্রে, লৈহৌরিবা শরুক খরা অসিসু য়াম্না শাথিবা মওংদা নিংখাযথিগদবগী যিভমদা লৈরে। অদুবু ঙসি ফাওবদা অরিবা মোনুমেণ্টশিং অসিবু শেমজিন শাজিনবগী থবক অমতা লৌখৎত্রি।

## মুরেল পেণ্টিংস

মাংঙৈগী মোনুমেণ্ট কয়াগী যক্লাং অমদি শিল্লিংদা যজরবা অযেকপা লাই কয়ানা লৈতেংলম্মী। যক্লাংদা, শিল্লিংদা য়েক্লম্বা লাইশিংসে, মাংহন্দনা থম্নবা হোৎনবা অসি অরায়বা থবক নত্তে।

অয়েকপা লাই (পেন্টিং) অমগী মরুওইবা মচলশিংদি 'কেরিয়ার, গ্রাউণ্ড, পিগমেণ্ট অমসুং বাইন্দিং মেদিয়ম অসিনি। লাইশিং অসি মাংহন্দনা থম্নবা মচল ময়াম অসি কন্নি কন্নিনো হায়বদু যজনা মমুৎ তানা থংবা তাই।

পেন্টিংশিংবু খ্বাযদগী শোকহল্লিবা অসি মুংশিত্তা যাওবা ঈশিংগী মরিকশিংনি (মোইষ্টব)। ঈশিংগী মরিকশিংনা পেন্টিংশিং য়েকলিবা যক্লাংগী প্লাষ্টরবুসু শোকহল্লি। লাই য়েকপদা শিজিন্নরিবা মচু অদুবুসু শিথহল্লি অমসুং অযেকপা লাইশিং অদুবুসু মচেৎ মচেৎ কেলহল্লি। মরম অসিনা লাইশিংনা লৈবিবা মফম অদু কংনা লৈহনবা ফৈ। করিগুম্বা মফম অদুনা অচোৎপা মফম ওইরগদি তিল-কাং পোকহল্লি। তিল-কাংশিং অসিনা পেন্টিং অদুবু মওং কয়াদা মাং-তাকপা থোকহল্লি। অচোৎপা যক্লাংগী মফমদা ঈশং কাশিনলক্কনি, ঈশংশিং অসিনা পেন্টিং অদুবুসু শোকহল্লি। পেন্টিংশিং লৈরিবা কা অদু চোৎলবা, ভেন্টিলেসন ৱাৎলবা মঙাল ফংদবা মফম ওইরগদি তিল-কাংশিংনা হেন্না লাইশিংবু শোকহল্লি। মসি থোক্তনবা কা অদু ইযার কনদিসনিং তৌবা ফৈ। এযাব কনদিসন তৌবা ঙমদ্রবসু কা অদুগী টেম্পরেচর অদু ২০° সি ওইহনগনি লোয়ননা রেলেটিভ হ্যমিদিতিনা চামদা ৬০ থম্বগা লোযননা মতিক চাবা ভেন্টিলেসন লৈহনগদবনি। মসিগী মথক্তা কা অদুদা চংলকপা মুংশিং অদুসু য়ারিবমখৈ উযুল লৈঙোয় য়াওহন্দনবা হোৎনবা তাই।

পেন্টিংশিংবু মাংহল্লিবা তিল-কাংশিংবু হাৎননবা তানথোকনবা হিদাক কযামুক লৈ। অদুবু হিদাকশিং অসিনা পেন্টিং অদুবুসু শোকহল্লি। মরম অসিনা হিদাকশিং শিজিন্নবা মতমদা য়াম্না চেকশিননা শিজিন্নগনি নত্রগা কার্বোন দাইওক্সাইদ শিজিন্নদুনা (ফুমিগেসন), তিন-কাংশিংবু তানথোকপা য়াই। ফুমিগেসন অসিবু মতম শাংনা চৎথদবা ফৈ।

পেন্টিংশিংদা ফুংগর হৌজিল্লকপা কাশিনলকপা অসিগী মক ওইবা মরমদি, হ্যুমিদিতিগী চাং য়াম্না হেনবা, নোং যুবনা ওইগনি। ফুংগুসশিংবু লৌথোকপদা ফোর্মলাইদেহাইদ অমমুং থাইমোল য়াম্না কান্নে লোয়ননা নোং য়ুদনবা শেমজিন শাজিনবগী থবকসু লৌখৎকনি।

পেন্টিং শুদিংমক মান্নদবনা মরম ওইহুনা পেন্টিংশিংবু অমাং-অতা থোক্তনবা হোৎনবা অদি অরায়বা থবক নত্তে। মরম অসিনা প্রিজার্ভৌগদৌরিবা পেন্টিং অদু হাম্না ফজনা য়েংবা তাই। অদুগা পেন্টিং অসিদা শিজিন্নগবা অককনবা কেমিকেল লৈতে। পেন্টিংচুগী মচাক, ফিভম অদুগী মতুংইন্না কেমিকেলসু শিজিন্নবা তাই।

মরম অসিনা মুরেল পেন্টিংশিংবু লেংদনা মতম কুইনা থম্নবগী-দমক অহানবদা মখোযনা লৈরিবা মফম অদু শেমজিন-শাজিনগনি। শেমজিন-শাজিনবদা শিজিন্নগদবা পোৎ অদুসু চেকশিন্না থনবা তায়। এরমদি শিজিন্নগদৌরিবা পোৎশিং অদু সোল্ট য়াওদবা পোৎ ওইগ-দবনি। মথংদা পুষ্টর অমমুং কেরিযারগী মরক্তা অহাংবা অমতা লৈহনবা য়াদে। অপোবা লৈতোয়গা তিন্নরগা শেম্বা অকংবা সোলু-সন অমনা কাপশিন্দুনা মেনশিনগনি।

পেন্টিংশিং অসি মতম কুইনা থমনবা প্রিজার্ভেসন ওইনা শিজিন্নগদৌরিবা পোৎ অদু মচু লৈতবা ( কোলোরলেস ), ট্রানপো-লেন্ট মওাল লায়না চংবা ভস্বা, লোযননা হংগামমপাল মচু ওই-রকলোইদবা ওইগদবনি। প্রিজার্ভেসন অদু মুংশিত্তা য়াওবা ঈশিং মরিকশিংবুসু (মোইষ্টর) ভাকথোকপা ভম্বা তাই। মরম অসিনা প্রিজার্ভেটিব ওইনা টোমেন-ইথাইল অলকোহোলগী মিকচর পোলি-ভিনাইল এসেলেট-তা তুমহনলগা শিজিন্নৈ। প্রিজার্ভেটিভ অসিনা পেন্টিংশিংবুসু হেন্না কনশিনহল্লি অমদি নপশিন্নহল্লি। হৌজিক ফাওবদদি, প্রিজার্ভেটিভ অসিনা মচু মাংথহনবনচিংবা অমতা থোকহনদ্রি।

**টেক্সতাইলস :**

লং নাইবা অমদি ফি শাবগী থবক অসি মমাংদৈগী হৌরকলে। ফি শাবদা শিজিন্নরিবা লং অসি শাগী মতু নত্রগা মনা-মশিংগী মশিং (ফাইবর) দগী শেম্বা লং ওইবা য়াই।

টেক্সতাইল, তিল-কাং (বেক্তোরিয়া এন্দ মোল্ড) না শোকহল্লি। মরম অসিনা মখোয় থম্মীবা মফম অদু য়ারিবমথৈ তিল-কাং লৈতনবা হোৎনবগা লোয়ননা মুংশিৎ-মুংশা ফজনা ফংদবা মফম, পুমথরবা-পৎথরবা মনা-মশিং নত্রগা শা ভাগা মখোয়গা থম্মীন্নরোইদবনি।

অচোৎপা ( দম্প ) মফমদা মনা-মশিংদগী শুংবা লংদি থোৎ-তোকই অদুগা চাওথোকই। অমরোমদা শাগী মতুদি ঈশিংদা লুপ-তুনা লৈরবসু মাংহনবা ঙমদে। শা-মতুনা শাবা ফি-রোল, পাৎথি-কোমথিদা লেংদনা লৈরম্বা থেংনৈ। অশাবা মফমদা নত্রগা অকনবা অয়াকপা মঙালদা (লাইট) থমলগনা ফিশিংদু খরং খরং ( ব্রাইটল ) লাওশিনলকই।

ফিবু শেমজিন শাজিন্দুনা শুদোক চামথোক্তুনা মতম কুইনা লেংদনা থমননবগী থবক লৌথৎত্রিদৈদা অহানবদা পোকেট-লেন্স নত্রগা বাইনোকুলার মাইক্রোস্কোপ শিজিন্নতুনা ফি অদুগী মওং মতৌ, খুৎশা-লকশা অদু মূন্না থংনবা হোৎনবা তাই। শম্না হায়রবদা ফি অদু শারিবা লং অদু করম্বা মখলগীনো অনাযবা লং ওইরগনা লং-শিংদু শারিবা মশিং (ফাইবর) অদু কদোমদা তাশিল্লি য়েংবা তাই। লোয়ননা সিন্টিমিটর ১ দা মফেল অমসুং মযুংদা চৎলিবা লংগী পর-সেনটেজ অদুসু যেংবা তাই। মসিগী মচু শংবা ফি ওইরগনা, শং-লিবা মচু অদু করিনো, করি পোৎনা শেম্বনো লোয়ননা লোল্লিবা লৈতেং, য়েতুম মখুল ফাওবা যজনা য়েংবা তাই।

করিগুম্বা ফি অহুনা য়াম্না মোৎতুনা একজামিনেসন তৌবদা অরাবা ওইরগনা, ফি অহুদা পক্লিবা উফুল অমদি অমোৎপা অহু তপনা লৌথোকনবা হোৎনগনি। উফুল লৌথোক্লবা ফি অহুনা দেটেল পুম্নমক খংহনবা ভমদবা থোক্লগনা ফোটো লৌহুনা থম্বা ফৈ।

## শু-চাম্বা

উফুল মখৈ অমসুং অতৈ পোৎশিংনা চুবা-খোৎপা কোকহন্নবা ফিবু ফজনা শুদোকপা তাই। শু-চাম্বদা শিজিন্নগদবা ঈশিং— নোংগী ঈশিং, শেংদোক্লবা ঈশিং নত্রগা দৈওনাইজদ তৌরবা ঈশিং ওইগদবনি। হার্দ ৱাটর শিজিন্নবা যাদে মরমদি মখোয়না ফিদা রসউম কাহল্লি। ফি শুবদা মনিড পাকপা পাত্র শিজিন্নগনি। পাত্র নত্রগা ত্রে অসি মথাগী শরুক অহু অহোবা মথুল থর লৈহনগনি অহুগা ত্রেগী মপাল অহু কোম ১০ ৱাংহনগনি। লোয়ননা মপাল নাকল অমদি ভি মওংদা ককথৎকনি ঈশিং হৈদোকপা মুংঙাইনবা লোযননা পোলাইথিননা ত্রে অহু ফাজিনলগা লেংদনবা পেগনা ফাজিনগনি।

মচু শুবা ফিশিংদি, লংলিবা মচু অহু কোক্কনবা মচুরা নত্রগা লেংদবা মচুরা খংননবা শুদোক চামথোকত্রিভৈদা হান্না স্পোট টেষ্ট তৌহুনা যেংগনি। কোক্কনবা মচু ওইরগনা কমন সোণ্টকী নত্রগা এসিদকী সোলুসননা কোকথরক্কনবা হোৎনগনি। সোলুসন অসিনা স্পোট টেষ্ট তৌবদা মচুশিংহু লেংদনা থম্বা ভয়গদি ফি অহু পুম্না সোলুসন আসিদা তিংথোক্কনি। অসুম্না তিংথোক্লবা ফি অহু শুগদবা পাত্র অহুদা ঈশিং সিএমঃ ৮ ফাওবা হাপ্লগা শন্দোক্লনা থমগনি। পুং ১ রোম অসুম্না থম্নবা তুংদা খুৎনা তপ্না থিন্দুনা নোযহুনা অমোৎপা চৎখিনবা হোৎনগনি। শু-চাম্বা লোইরবা ফি অহু মচুম তাখিনবা য়ান্দুনা থম্লগা তাউরেল শিজিম্নহুনা কংননবা তপ্না তপ্না

ঈশিং লৌথোক্কনি। থর থর কংলবা ফি অহু পোলিথিন শীট অমদা শন্দোক্নুনা থমগনি। শন্দোকপা মতমদা মফেল অমদি ময়ুংগী লং-শিংহু রাইট এঙ্গলদা লৈহন্নবা ব্রশনা শাবা পিননা মফম চানা ফাজিন্দুনা থমগনি। পিন মফম অসিন্থু ফিনা কংলকপা মতুং ইন্না হোংদোক্কনি। কংহনবা মতমদা ফি অহু মুংশিং-মুংশা ফংবা কাদা থম্বা তাই।

ঈশিংদা শুদোক-চামথোকপদা চৎলু যাদবা ফিদা পকপা থাও-রেক নত্রগা মরেক কোকননবা ফিংশিংহু দিতরগেন্ট শিজিন্নহুনা শুদোক-চামথোক্কনি। সাপোনদি কৈদৌঙৈদা শিজিন্নবা যাদে। শিজিন্নগদবা দিতরগেন্টশিংদি লিসাপোল এন, ইগেপাল এন্দ সিঃএঃ এক্সত্রা অসিনচিংবনি। শুবা চামবদা শিজিন্নবা যোনবা মহি-মনাই অমতা শিজিন্নবা য়াদে। মরমদি মখোযদা সাপোনগী শরুক য়াওই। শুদোকপা শেংদোকপা অসি ড্রাই ক্লীনিং ওইনা তৌরবন্থু যাই।

তিল-কাংদগী কন্নবা পাম্বৈ অহুমথক লৈ। মখোয়শিং অহুদি (১) ফি অহু তিল-কাং চংবা ঙমদনবা যোমশিন্দুনা থম্বা, (২) তিল-কাং তানথোকনবা হিদাক শিজিন্নবা, (৩) তিল-কাংদগী কনথোক্নবা ফিশিংদা হিদাক থাজিনবা। অসিনচিংবা পাম্বৈ কয়া নত্রগা কে-মিকেল কযা শিজিন্নহুনা থম্বা যাই। অরোইবা ওইনা ফিদা কোকহন্নবা ফিশিংদা য়াওবা লৈতেংগী পোৎশিং শোক্তুনবা লৌথৎপা য়াবা থবক কয়ামুক লৈরি। মখোয়শিংহু মতাং অসিদা পঙ্গররোই।

অরোইবদা মথক্তা পনখ্রিবা মমাংঙৈগী অরিবা পোৎশিংবু তেকহন-কায়হন্দনা থম্নবা পাম্বৈ থর অসি মরু ওইনা ম্যুজিয়মগী পোৎশিংগীনি। মখোয়শিং অসি নত্তবা অতাংবা লমহাংদা লৈরিবা মমাংঙৈগী অরিবা পোৎশিংবু মতৌ করম্না তেকহন-কায়হন্দনা থমগ-দগে হায়বসি য়াম্না লুবা ৱাফমনি। মণিপুরগী চীংগী লম অমদি

তম্পাক্কী মফমশিংদা মমাংঙৈগী অরিবা পোৎ কয়া অমা লৈরি। খুদম ওইনা হায়রবদা 1st Bn Manipur Rifles গী Compnund মন্নুংদা লৈরিবা ময়েক ইবা মুং, তমেংলোংগী মন্নুং-চনবা থারোন খুলদা লৈরিবা মুংপাক থক্তা হকলম্বা মখল-মখাগী লাইশিং অমদি খৌপুমদা লৈরিবা ময়েক ইবা অমদি হক্তুনা যেক্লম্বা মুংপাকশিং অসি তেকহন-কাযহন্দনা থম্নবা হোৎনবা অসি অরাযবা থবক ওইরোই। অরিবা মমল নাইত্রবা পোৎশিং অসিবু লেংদনা থম্নবগী থবক ঙসি কাওবা পায়খৎতবনা মরম ওইদুনা পোৎশিং অসি নোংম-নোংমগী মাংশিনলক্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা 1st Bn Manipur Rifles দা লৈরিবা মুংশিং অসিদা ইরম্বা ময়েক অয়াম্বা মাংখ্রে। হৌজিক বাহৈ পরেং অমা অনি নত্তনা অতৈদি পাবা থোকত্রে। মরম অসিনা মতম চানা ময়েক ইবা মুংশিং অমদি অতৈ পোৎশিংবু তেক্ত-কাযদনা থম্নবগী থবক লৌখৎহৌদ্রবদি মমল যাম্নবা মমাংঙৈগী অরিবা পোৎশিং অসি মতমগী মতুং ইন্না মাংগ্রগনি।

এস. রুপোবান সিংহ
ষ্টেট আরবিওলোজি,
ইম্ফাল

**Reference :**

1) Plenderleith H.J — Werner A.E.A — "The conservation of Antiquities & Works of Art" 2nd Ed 1971 Oxford University Press

2) Deshpande M N — "Archaeological Conservation in India" Article in "Cultural Forum" Vol IV No 11 Dec 1961 Ministry of Scientific Research & Cultural Affr.

3) Lal B B — "Preservation of Mural Printing" in "Ancient India" No 22, 1966 Archaeological Survey of India

# অরিবা পোৎশিং খোমজিনবা অমসুং মসিগী কান্নবা

**হ্রাঙ্হৌদোক ঃ**

থায়না মমাংঙৈদা ঐখোয় মীওইবনা ঐখোয়না নক্কবা অমদি, অঙকপা অমসুং তাঙনা যংবা পোৎশিংবু থমজিনবগী হৈনবী অসি লৈরকই। অদুবু ঐখোয়না ঙসিদি কান্নদ্রে হায়না খনবা পোৎ কয়াস্মু তুংদা যাম্না কান্নরবা ইতিহাসকী মচাক অমা ওইবা যাই। থায়নগী ইজিপকী নিংথৌশিংনা মখোয়গী অশিবা হকচাংবু কু চল্লগা পিরামিতকী মনুংদা থমনরম্মি। মসিদসু নত্তনা পৃথিবীগী অচৌ অচৌবা নিংথৌরেল অমসুং মীওইশিংনসু এন্টিকশিংবু খোমজিনবগী হৈনবী অসি লৈরকই। ঙসিদি সরকারগী ম্যুজিয়ম অমসুং লনাই ম্যুজিয়মশিংদা এন্টিকশিং খোমজিনবগী মরু ওইবা থৌদাং যারি।

## এন্টিক কদায়বু কৌবগে ?

লৈবাক লৈবাক্কী ওইনা করিগুম্বা পোৎশক অমবু আইনগী মিৎযেংদা এন্টিক ওইবা হাযবসি খেন্নে। খুদম ওইনা ইন্দোনেশিযা-দদি চহী ৫০ দা ঙাযরিবা অদুগা আমেরিকাদনা চহী ৭৫ শুরবা পোৎশিংবু এন্টিক অমনি হায়না থঙনৈ। অদুগা ঐখোয়গী ভারত্তদি চহী ১০০ দগী তাদনা লৈরক্লবা পোৎ অমবু এন্টিক ওই হায়না লৌই। অমরোমদনা অমুক চহী ১০০ নত্রগা চহী ৭৫ শুরে হায়না লৌনবগী মহুৎতা লৈবাক থরদনা করিগুম্বা অথম্নবা চহী থরগী মমাংদা লৈরম্বা পোৎশিংবু এন্টিক ওই হায়নৈ।

খুদম ওইনা হায়রবদা ঐখোয়গী ভারতত্তদি কুমশি হায়বদি খৃঃ ১৯৮৪ ইংদা চহী ১০০ শুত্রবদি পোৎ অত্থু এন্টিক ওইদে। অত্থুবু পোৎ অত্থুমক চহী খরা লৈরগদি এন্টিক ওইরকই। অমরোমদনা পাকিস্থানগুম্বা লৈবাক খরদনা খৃঃ ১৮৫৭ কী মমাঙদা লৈরম্বা পোৎ মখৈদবু এন্টিক ওই হায়না লৌই। খৃঃ ১৯৭২ ইংদা পাস তৌখিবা "এনটিকুইটিজ অন্দ আর্ট ট্রেজর এক্ট ১৯৭২ গী মতুংইন্না ভারতত্তদি চহী ১০০ দগী তাদনা লৈরক্লবা মখাগী পোৎশিং অসিবু এনটিকুইটিজ অমনি হায়না লাওথোকখি।

(এ) ১। শেল মযেক, অসক্লপচর, অযেকপা লাই, ইপিগ্রাপ নত্রগা খুৎশা হৈবগী থবকশিং।

২। যুম নত্রগা শুরুং অমদগী ফুকতোক্লকপা পোৎশিং।

৩। বিজ্ঞান, কলাবিদ্যা, সাহিত্য, ধর্ম্ম, চৎনবী নত্রগা রাজনিতীগা মরী লৈনবা পোৎশিং।

৪। ইতিহাসকা মরী লৈনবা পোৎশিং।

৫। ভারত সরকারনা এক্ট অসিগা মরী লৈনৈ হায়না লাওথোক্লবা পোৎশকশিং।

(বি) ১। বিজ্ঞান, ইতিহাস, সাহিত্য নত্রগা করিগুম্বা অমগী-দমক মরু ওই হায়না খল্লবা চহী ৭৫ দগী তাদনা লৈরক্লবা খুৎই লাইরিক রেকোর্দশিং অমস্তুং অতৈ দলিনশিং।

## এন্টিকশিংগী কান্নবা ঃ

ঐখোয় মীওইবনা ঙসি খঙলিবা উরিবা পূন্নমক অসি ঐখোয়গী মীরোল অসিদা ফংবা লৌশিং অমস্তুং রাখলতনা ওইথোক্লকপা নত্তে। লৌশিং অমস্তুং রাখলশিং অসি ঐখোয় মীওইবনা পোৎশকশিংদা

হেক ঙম্লিবমথৈ ওনথোক্লবা হোৎনৈ। থুদম ওইনা হায়রবদা মী-ওইবনা মখোঙনা চৎপদগী খর যাংনা অমসুং মুংঙাইনা চৎপা পাম-জকপদগী একাগাডী, হরাগাডী, হরাগাডীদগী এরোপ্লেন জহাজ-নচিংবা শারক্লিবা অসিনি। অদুগা অমরোমদনা অমুক হাথলগী অপাম্বা অমসুং অপেনবা ফোংদোক্লবগীদমক্তা মীওইবনা মুং, উ অমসুং অতৈ অতৈ পোৎশকশিংদা কলাগী মওংদা ফোংদোকই। থুদম ওইনা হায়ররবদা কনাগুম্বা খুৎনাইবা অহৈবা অমনা মুংনা নত্রগা উনা মহাক্তা নিঙজরিবা বুদ্ধ নত্রগা বিষ্ণুবু হকই। মতৌ অসুম্না থম্বা মখল মথা কয়াগী এন্টিকুইটিশিংবু কুপ্না নৈনবদগী ঐখোযনা মতম মতমগী ওইনা হোঙলক্লিবা রাজনিতী, ধর্ম্ম, শেল-থুমগী ফিভম সমাজগী হোঙলক্লিবা ফিভম অসিনচিংবা যাওলশিং থঙবা ঙম্মী। থুদম ওইনা হায়রবদা ঙসি ফাওবদা মণিপুর তম্পাক্কী মফম কযাদগীদি মণিপুরগী নিংথৌশিংগী শেল মযেক কযামকম থেংনরে। অদুবু চীংগী লমদগীদি পৈশাশিং থেঙনবগী রিপোর্ট অমতা থেংনদ্রি। অসিনা তাকপদি চীংগী লমদমশিংদা মৈতৈ নিংথৌগী ইনফ্লুয়েনস অসি যাম্না হম্বর্ম্মি। অদুগীমু মথক্তা ফংলিবা শেল মযেকশিং অসি সনা অমসুং লুপাগী থেংনদবা মরমনা মৈতৈ নিংথৌশিংগী শেল থুমগী ফিভমসু য়াম্না ফরম্মী হায়বা যাসে।

## এন্টিকশিংগী ইতিহাস ঃ

গ্রাহাম ক্লার্ক, প্রোফেসার ওফ আরকিওলোজি, ইউনিভরসিটি ওফ ক্রেনব্রিজগী মোত মতুং ইন্না ঐখোয় মীওইবনা চাওরাক্লা চহী ২৫,০০০ রোমগী মমাংদগী পুক্লিংগী অপাম্বশিং অদু মুং অমসুং শক্ক-নচিংবদা ফোংদোকপা হৌরক্লে। মসিগী মমাংদা ঐখোয় মীওইবনা (হোমো সেপিয়নশিংনা) মুংবু খুৎলাই ওইনা শিজিন্নবা হৌবসি চাওরাক্লা চহী ৪০,০০০ রোমগী মমাংদগীনি। মতম অসিদগী হৌনা

ঐখোয মীওইবনা মখল মখলগী পোৎ-চৈ কয়ামরুম শাবা হৌরক্লুনা ঙসিদি অঙক অঙকপা পোৎশিংবু পুথোক্লি। চাওরাক্লা ৮,০০০ বি, সি, দা পৃথিবীগী ওইবা ইহান হানবা সহর জেরিকো সিনাইগী লমদা লৈবা হৌখি। মসিগী মতুং চাওরাক্লা ৬,০০০ বিঃ সিঃ দা হায়রিবা মফম অসিদা লাইশঙ অমদা মুং অমা লাই ওইনা লাৎপা থেঙনখি। অতুদগী চাওরাক্লা ৫,৫০০ বিঃ সিঃ দা খা-থংবা টরকীদা অমস্তুং পৃথিবীগী মফম খরদা চফু শাবা হৌখি। চাওবাক্লা ৩,০০০ বিঃ সিঃ অতুৰাইদা তাইগ্রিস অমস্তুং ইউফেরাস তুবেলগী তোর্ব্বানশিংদা পিকচর রাইটিং ( সিম্বোল ) হৌদোকখি। ৩,০০০ বিঃ সিঃ দা সনাগী লৈতেং শাবা হৌখি। মসিগী মতুং ২,৪৪০ বিঃ সিঃ অতুৰাইদা ইজিপতা উনা মীগী মুর্ত্তি শাবা হৌখি।

২,০০০ বিঃ সিঃ অতুৱাইদা বোপরনা শাবা লাইবেম্বী অমা সুমেরিযাগী লমদগী থেংনখি অমস্তুং চাওবাক্লা খৃষ্টাব্দ ১,৭০০ বিঃ সিঃ দা শুঙশোয শোযদনা ব্রোঞ্জনা শাবা মীগী মুর্ত্তিশিং ইজিপতদি লৈরে।

মণিপুবগী ওইনদি তোঙান তোঙানবা শুরুংশিং কংখুই, থারোন-নচিংবদগী ফংলিবা মুংগী খুৎশু খুৎলাইশিং অসি নত্তবা ইহান হানবা ইনটিকুইটিজদি নাপচিক্তগী ফংলিবা মুংশিং, চফু মচেৎশিং অমস্তুং চফু মখোঙশিং অসিনি হাযনা লৌবা যাই শ্রী ওঃ কুমারগী মোত মতুংইন্না চফু মচেৎশিং অমস্তুং মুংশিং অসি ২,০০০ বিঃ সিঃ অতুৱাইদা লৈরম্বা মীশিংনা শিজিন্নরম্বা ওইরমগনি, মসিগী মথংদা শেকতা অমদি ইরেংবম, মাইরেম্বমনচিংবা মফমশিং অসিদগী ফংলিবা শেঙ্গেংগী পাত্রশিং অসি ওইবা যাই। অতুগা মুংনা শাবা লাইশিংগী মমুংদা খাগেম্বা মহারাজগী মতম (তবাতরেৎশুবা সেনচুরী এঃ দিঃ) দগী হৌনা লাৎলক্লিবা অরিবম লাইরেম্বী (দূর্গা) মূর্ত্তিসু অমনি। অতুগা ব্রোঞ্জগী

লাইনা বামোন লৈকাইদা লৈবা গুরু অরিবমনা লাৎলিবা রাধা-কৃষ্ণ অমদি রামজী প্রভুগী লাইশংদা লৈরিবা লাইশিং অসিনি। উনা শাবা মুর্ত্তিশিংগী মনুংদনা— শ্রীশ্রীগোবিন্দনচিংবনি।

ভারত্তা এন্টিকশিংগা মরী লৈনবা আইনশিংদি :— খৃষ্টাব্দ ১৭৮৪ গী জানুৱারীগী তাং ১৫ দা সার ৱিলিয়ম জোনসন, কলিকাতাদা এসিযাতিক সোসাইটি লিংখৎখি। মতম অসিদগী হৌনা ভারত্তা এন্টিকশিংবু খোমজিন্দুনা নৈননিংবগী অপাম্বা হেনগৎলকখি।

খৃষ্টাব্দ ১৮১০ দা বেঙ্গোল রিগুলেসনস এক্টকী মতুংইন্না কনাগুম্বা লনাই মীওই অমনা মীযানগী ওইবা যুম-কৈশিংদগী এন্টিক্চিংবা যক্তোকপা থিঙম্মী।

খৃষ্টাব্দ ১৮৬৩ গী এক্টগী মতুংইন্না সরকারনা হিষ্টোরিকেল নত্রগা আর্বিতেকচরেল ভেল্যু লৈগদবা যুম-কৈশিংবু মাঙহন তাকহনবা অমসুং এন্টিকশিং লৌথোকপা থিংঙম্মী। ঙসি ফাওবদসু চৎনরিবা ইণ্ডিযান ত্রেজর ত্রোপ ১৮৭৮ অসি লোর্ড লযষ্টোননা গোভর্ণর জেনরেল ওইরিঙৈদা পাস তৌখি।

খৃঃ ১৯০৪ দা এনসেন্ট মোনুমেন্টস প্রেজারেসন এক্ট পাস তৌদুনা ভারত সবকারনা ভারতকী মোনুমেন্টশিং অমসুং এনটিকুইটিজশিংবু মাঙদনবা হেন্না ফবা মওংদা হোৎনখি।

খৃঃ ১৯৪৭ তা এন্টিকুইটি ( এক্সপোর্ট কন্ট্রোল ) এক্ট পাস তৌদুনা সরকারগী অযাবা যাওদনা এন্টিকুইটিজ অমবু থাদোকপা থিঙহনলম্মী।

অদুম ওইনমক এক্ট অসিনা ভারতকী এন্টিকুইটিজশিংবু মপান্দা পুথোকখিবদা পুমধিঙমক থিংবদি নৎখিদে। অদুবু খৃঃ ১৯৭২ দা এন্টিকুইটিজ অমসুং আর্ট ত্রেজর এক্ট ১৯৭২ পাস তৌদুনা ভারত

সরকারনা করিগুম্বা এন্টিকুইটিজ অমবু নত্রগা আর্ট ট্রেজর ওইরে হায়না লাওখোক্লবা পোৎ অমবু ভারতকী মপান্দা তুওপু পুখোকথি-দনবা থিংবা যাবে। এক্ট অসিনা এন্টিকুইটিজ ললোনবা থিংবদি নত্তে।

**মতৌ করম্না এন্টিকশিংবু হুরানবশিংদগী কনগনি ঃ**

এন্টিকশিংবু হুরানবগী থবক অসি হৌজিক্কী মতমদদি অচৌবা কারবার অমগুম্না তৌরে। খুদম ওইনা হায়রবদা খৃঃ ১৯৫৫ দা শিবপুরম লাইশংগী নাতরাজ মুত্তি অমা লুপা ৫,০০০ পীদুনা হুরানখি। হায়রিবা লাই অসি খৃঃ ১৯৬৮ দা লুপা লাখ ৫ শিন্দুনা অমুক য়োন্থোকখি। হায়রিবা লাই অসি খৃঃ ১৯৬৯ দা লুপা লাখ ৫ লিশিং ৭৫ যৌখি অমসুং ভারত্তগী আমেরিকাদা লোন্না পুখি। অদুবু ওসিদি লোস এঙ্গেলসতা মিষ্টর নোবতোন সিমোন কৌবা নিপা অমগী মখুত্তা লৈরে অমসুং হায়রিবা অসি চাওরাক্না লুপা লাখ ৬০ গী মরক্তা লৈরে। হায়রিবা লাই অসি ভারত সরকারনা কন্না হোৎন-দুনা ভারত্তা অমুক হন্না পুরক্লবা হোৎনরি।

মসিদসু নত্তনা খৃঃ ১৯৬৬ তা দিল্লীগী নেসনেল ম্যুজিয়মদগী মমল যাম্লবা সনাগী শেল মযেক কযামরুম হুখিরমই। অসিগুম্বা হুরান চিন্থিগী কেশ অসি পৃথিবীগী মফম কয়াদা মশীং খঙদনা থোকই। মরম অসিদগী ভারত সরকারনা খৃঃ ১৯৭২ দা এন্টিকুইটিজ অন্দ আর্ট ট্রেজরস এক্ট ১৯৭২ পাস তৌখি। এক্ট অসিগী মতেংনা সরকার অমসুং সেমি সরকারগী ওর্গেনাইজেসনশিংদা লৈবা এন্টিকুইটিজ নত্তবা লনাই মীওই অমদি লনাই ম্যুজিয়মশিংদা লৈবা এন্টিকুইটিজশিংবু রেজিষ্টার তৌহল্লি। রেজিষ্টার তৌহনবা মতমদা এন্টিক অদুগী ফোটোগ্রাপ অমসুং অকুপ্পা এরোল ইশিন্দুনা থম্মী। করিগুম্বদা রেজিষ্টার তৌরবা লাই অদু হুখিবা থোক্লবসু পুলিসনা থিগৎপদা

য়ান্না মতেং পাংহল্লি। অসিগীস্থ মথক্তা অশেংবা লাই অদু হুপ্রগা অশাবা (ডুপ্লিকেট) লাই অমা থমজিনবা তারবস্থ রেজিষ্টার তৌগ্রবা রেকোর্ডশিং অদু য়েংলগা অশেংবনি, শেংদবনি হায়বদু লাইনা খঙবা ঙমগনি। ঙসি ফাওবদা মণিপুরগী আরকিওলোজি লোযশংদা এন্টিকুইটিজ ৫৮৫ রেজিষ্টার তৌরে মসিগী মন্নুংদা মুংগী ৬১ পিথ্রাইগী ১১৫ উনা শাবা ২৭৫ নি।

মতৌ করম্না অৱিবা পোৎশিং খোমজিনগনি : লনাই মীওই-শিংদা লৈৱিবা রেজিষ্টার তৌদবা এন্টিকশিং অমস্থং আরকিওলোজি লোয়শংনা রেজিষ্টার তৌরবা অৱিবা লাইশিং অসি যাম্বিবমখৈ ম্যু-জিয়মশিংদা খোমগত্রনা থম্না ফৈ। মখোযশিং অসি খোমগৎনবগী-দমক্তা সরকারনা ম্যুজিয়মশিংদা মতিক চানা শেল পীগদবনি। ঐখোযনা পোৎশক অমা লৈগে হায়বা মতমদা মপু অদুনা মাম্নবা অমা শারগা মহুৎ পীবা তাই নত্রগা পৈশা ওইনা পীদুনা পোৎ অদু লৈগদ-বনি। মসিগীস্থ মথক্তা মপুশিং অদুদা ম্যুজিয়মশিংনা করিগীদমক্তা পোৎ অদু খোমজিল্লিবনো হাযবদু মযেক শেংনা তাকত্রগদি মখোযনা পীনিং-দে। মরম অসিনা সরকারনা অমদি লনাই মীওইশিংনা হোৎনদুনা যারিবমখৈ এন্টিকুইটিজশিংগী কান্নবা মীয়ামদা খঙহনগদবনি। অদু নত্রবদি করিগুম্বা পুঞ্জি তৌবা নত্রগা যুম্ফম থোনবনচিংবদা থেংনবা মমল যাম্নবা এন্টিকুইটিজশিংবু কান্নফম খঙদনা মখোযনা অরেম্বদা মাংহনখি। খুদম ওইনা হায়রবদা ঙসি পৃথিবী শিনথুংনা ফাওরবা হারাপ্পান সিভিলাইজেসনগী চেক কয়ামকম লমদম অদুগী মীশিংনা অমস্থং রেল লম্বী শেম্বশিংনা ফকতোক্লুনা মাংহনবা হৌরমলবনি। এন্টিকশিং অসি খোমজিনবা মতমদা মরি-মখোং কুপ্না নৈনদুনা পোৎ অদু ডুপ্লিকেটলা ওরিজিনেললা হায়বড় কুপ্না থিহোগদবনি।

**ম্প্রারোই ঃ**

ঐখোয়না হৌজিক এন্টিক করিনো অমসুং এন্টিকশিংগী কান্নবগী মমরমদা নৈনখ্রে। মরম অসিনা ঐখোয়না হেক য়ারিবমথৈ ঐখোয়গী অহল-লমনশিংনা শিজিন্নরম্বা পোৎশিং মাঙহনলোইদবনি। চাওখৎ-লবা লৈবাক আমেরিকানচিংবদদি মশা মশাগী ম্যুজিয়মনচিংবা লিংখৎনবদা অফংবা খরা খরা মরুওইবা পোৎমথৈ খোমজিন্নরে। মতৌ অসিগুম্না ঐখোয়গী ভারতস্তু সরবাবগী অমসুং লনাই ম্যুজি-যমশিং মশীং হেন্না লিংখত্তুনা এন্টিক ওইরবা অমসুং তুংদা ওইরক্কদবা পোৎশকশিংবু যারিবমথৈ খোমজিনবা মতম য়ৌরে। ঐখোয়গী ইমা-ইবেন্না শিজিন্নরম্বা লশিং কাপোননচিংবা ওসিদি মমিংতা ডায়শিল্লক্লে।

এস, ভৈগ্য সিংহ

**তান্নখিবা লাইরিকশিং ঃ**

১। দি দাওন ওফ সিভিলাইজেসন

ইদিদেত বাই— ষ্টুঅরত পি গোত

২। ম্যুজিযম এণ্ড প্রোক্টসন ওফ মোন্নুমেণ্ট এন্দ এনটিকুইটিজ ইন ইণ্ডিয়া— বাই : অইচ, সরকার

৩। দি এন্টিকুইটিজ অণ্ড আর্ট ত্রেজর এক্ট ১৮৭২— ভারত সরকার

৪। আর্কিওলোজি ইন মণিপুর (সেরিজ—১) নাপচিক

বাই : শ্রীও, কে, সিংহ

৫। আর্কিওলোজি ওফিসকি রেকোর্দশিং।

# রি-হেবিলিতেসন ওফ রেকোর্ডস

পৃথিবীদা লৈরিবা লৈবাক খুদিংমক্কী মশা মশাগী জাতিগী মশক তাক্লবা রেকোর্ড ওফিসশিং লৈজে। অসিগুম্বা পৃথিবীগী ওইনা তোঙান তোঙানবা লোল কযাগী লৈবাক কযাগী অইবা রেকোর্ডশিং অসি মতমগী মতুংইন্না শিথরকপা, কাইথরকপা, শেগাইরকপা হায়বসি মশানা তারবা প্রকৃতিগী চংদ্রবা যাদ্রবা নিয়মনি। অইবা রেকোর্ডশিংগী মরক্তা চেদা ইরম্বা, ভূর্জপত্র মনাদা ইরম্বা অমদি পালম লিফ কুম্বদা ইরম্বশিং চেদা অমদি ফিদা য়েক্লম্বা মেপশিং চার্টশিং অসিনা মতম কুইনা শিজিন্নদবনা লৈরুববা মতুংদা রেকোর্ড থমফম ওফিসশিংদা (ষ্টেট আর্কাইবস্) যৌরকপা ঙাক্তনি। হায়রিবা ওফিসতা লাক্লি-লাক্লিবা রেকোর্ডশিংগী ফিভমগী মতুংইন্না মশা তেক-খৎহন্দুনা অদুগুম্বা মতম কুইনা শিজিন্নদনা রেকোর্ডশিংদু তুংকোইনা থম্বা যাহল্লি অমসুং জাতিগী ইতিহাস ইনবগী যুক্ষম ওইহন্দুনা পন্নিক্তা অমুক ইনৌ নৌনা কান্নহল্লি অসিগুম্বা মশা শোক্লবা রেকোর্ডশিং অসিবু মশা তেকখৎহন্নবগীদমক (রি-হেবিলিতেসন) মথল মথাগী পাম্বৈ কয়ামকুম জাতিগী রেকোর্ড ওফিস কয়ামুক্তা শিজিন্নবা পাম্বৈ থরদং ঐহাক্না পঞ্জরি :—

**ক্লেটননিং অমসুং মাইনর রিপেয়ার ঃ**

মথক্তগী পনজপ্রে পৃথিবীগী মফম খুদিংমক্কী ওইনা দিপার্টমেণ্ট খুদিংমক্তা মশা মশাগী রেকোর্ড পিরকপা হায়বসি রেকোর্ডশিং অদুনা সেমি-করেণ্ট নত্রগা নন-করেণ্ট ওইরবা মতমদতা পিরকপনিনা ফাইল খুদিংমক শেগাইরবা অমদি মফমদা যাওরিবা চেনা খুদিংমক শেগাইবা,

কত্তবা ভাক্তা ওইগল্লি। মরম অসিগুম্না ঐখোযনা ফাইল কোভরশিং অমু অথাবা ওনথোক্কনি অমুগা ফাইল মন্নুংদা য়াউরিবা রেকোর্ডশিং অমু রেকোর্ড থমফমদা থাগ্রিডৈদা হান্নবা শেমজিন খোংচিন্দুনা ফোং-চিনবা হাযবসি তৌগ্রবা যাত্রবনি। অহানবদা ঐখোয়না অতৎপা রেকোর্ডশিং অমু ফোংচিগ্রিডৈদা ফাইলশিং অমদি ভোল্যুমশিংদা য়াউরিবা চেনা খুদিংমক তিংথোকহনগনি, চেনা খুদিংমক মশিং থিদোক্কনি মতুংদা ঐখোয়না ফোংচিন্নবা খোরাং তৌগনি। ফাইল-শিংদা য়াউরিবা চেনাশিং অসি মতোন য়োবা ফাউবা তিংথোকহন্নব-গীদমক ঐখোয়না ময়াই ওইনা শাবা ইলেকত্রিক্কী ইষ্ত্রীনা প্রেস তৌ-গনি। প্রেস তৌগ্রিডৈদা ঐখোয়না যশিংদা তৌবগুম্না অমুগুম্বা ডোকুমেন্টশিংমু অচোৎপা স্পোনজ নত্রগা ব্লোতিং পেপরনা য়োমশিন-গনি, করিগুম্বদা চেনাশিংমু মচেৎ মচেৎ শেগাইবা যাউরন্নবদি শেগাইরিবা শরুক অমু অফবা হেন্দ মেদ পেপরনা নপশিল্লগা নপ-শিনগনি। অমুগুম্বা শেগাইরিবা রেকোর্ড অমুনা মথক মথা ইবা ওইরবদি ঐখোযনা অপাবা টিস্যু পেপরনা মথক মথা যোমশিল্লগা ফোংকনি নত্রগা অনৌবা শিন্দোক্কনি। ঐখোযনা রিপেযার তৌন-ননবা লাইনা অমদি ভোল্যুম খুদিংমক্কী চেনা খুদিংদা পেসটিং স্লিপ অমমম হাপকনি, স্লিপ অসি ১৫ সিঃ এমঃ দগী ২ সিঃ এমঃ না স্লিপ অসিগী মরাক ওইগনি অমুগা অশাংবদি লৈরম লৈরম্লিবা ডো-কুমেন্ট অমুগা শাংবা মান্নগনি। অসিম্বা পেষ্টীং স্লিপ অসিবু ঐখোয়না টেক্নিকেল ওইবা মওংদা হাইরবদি গার্দিং হাযনা কৌই। গার্দ পেপর অসিদি মতম পুন্নমক্তা খ্বাইদগী ফবা মথলগী ইনবা চেনা শেমগনি। মাইনর রিপেয়ার অসিগীদমক্তি ঐখোযনা গ্লু গম য়ারি-বমখৈ শিজিন্নরোইদমনি মসিগী মহুৎতা ময়দা পেষ্ট শিজিন্নগনি। মযদাগী গম অসি শেম্বদা ময়দা কেজিঃ অমদা কোপর সলফেট ২-৩ চামদা হাপকনি। ঐখোয়না চ্যেকশিনগদবদি ময়দা অসি চুমিং

২-৩ থক থম্লোইদবনি। খুদক খুদক্কী রিপেয়ার তৌগদবা ডোকুমেন্টগী চাং খংদোক্লগা মযদাগী গম লোনগনি। মাইনর রিপে-য়ারগীদমক্তি চেনা খুদিংমক ফোংচিনবা লোইরবা মতুংদা ঐখোয়না জেকেদ কোভরনা যোমশিনগনি, য়োমশিল্লগা অমুক হন্না ঐখোয়না ডোকুমেন্টকা কোল্লনা যোংকনি। শেমজিন শাজিনবা লোইরবা ফাইল নত্রগা ভোল্যুম খুদিংমক্কী জেকেট কোভর মথক্তা ২.৫ সিঃএমঃ পাকপা চেনা অমমম নপকনি অমসুং সবজেক্ট এন্দ ইয়ার ইশিনগনি।

মথক্তা ইভগ্রিবা মাইনর রিপেয়ার অসি নত্তবা অতোপ্পা রি-পেয়ার তৌনবা মখলশিংদি ফুল পেষ্টিং, চিফোন রিপেয়ার, টিস্যু রিপেয়ার, লেমিনেসন অমসুং খুংকি লেমিনেসন অসিনচিংনি।

## ফুল পেষ্টিং ঃ

হায়রিবা মখলগী মেথদ অসিনা মশা তেকখংহনগদবা রে-কোর্ডতি ঐখোয়না খংগনি মতুদি— অইবা ডোকুমেণ্ট অতুনা চেনা নাকল অমতা ইবা ওইরবা, অতুগা মহুৎ মহুৎ তুংলবা ডোকুমেণ্ট ওইরবদি পেষ্টিং এপ্লাই তৌগনি। অইবা চেনা নাকল অসে রেগ হেন্দ সেভ রম্মবনা যোমশিনগনি অতুগা মযাই ঙইনা শাবা ঈশিংদা পুংখাই অমা তিংগনি। হাযবদি ডোকুমেণ্ট অতুদা ইরম্লিবা মুকশিং অতুনা চাইথোকবক্তবা ওইরবদি অতুগা চাইথোরকপা ওইবগনা ঐখোযনা অইবা নাকল অতু রেস্ম পেপরনা যোমশিনগনি। মতৌ অসুম্না ঈশিংদা তিংথোক্লবদি হায়গী লৈরম্লিবা পেষ্টশিংতু থোৎলকই অমসুং কেল্লকই। পুংখাই অমা ঈশিংদা তিংলবা ডোকুমেণ্টশিং অতু কংহনগনি অতুগা ইনদবা বাইণ্ডর অদোমদা গম থুংনা তৈগনি অতুগা পেষ্টিং স্লিপ অতুদু চপমান্নবা চাংদা গম তৈন্নগা নপশিনগনি। ঐখোয়না খংগদবদি পেষ্টিং স্লিপনা ডোকুমেণ্টতগী মতম পুম্নমক্তা চাউবা হেনগনি। নপশিনবা, ফোংচিনবা লোইরবা মতুংদা ভসাইদী

অহেনবা স্লিপ অহ্ কাতিনা ককথৎকনি অদুগা কোন্তর মথক্তা সব-জেক্ট ইশিনগনি। মতৌ অসুম্না মশা পৎথরুরবা রেকোর্ড অহ্ নশা তেকথৎহল্লবা মতুংদা রেকোর্ড থমফমদা থাজিনগনি।

## চিফোন রিপেয়ার :

চিফোন হায়বসি অপাবা মুগাগী ফিনি, অসিগুম্বা মখলগী ফি অসিস্ রেকোর্ডশিং, ডোকুমেণ্টশিংগী রিহেবিলিতেসনদা য়াম্না চাউবা থৌদাং লৌরি। রেকোর্ডশিং রিপেযার তৌনবা চিফোন অসি ভারতবর্ষগী ষ্টেট আর্কাইবসশিংগী ওইনা গোভর্ণমেণ্ট সিল্ক রুভিং ফেক্তরী, জামু এন্দ কাশ্মীরনা পুথোকপা আর-দি কালিটিগী চিফোন অসি শিজিন্নৈ। ঐখোযগী মণিপুর ষ্টেট আর্কইবসকিস্ সেমপলদি ফংজরে। ঐহাক্না হৌজিক খরদং পনজনিংবদি করম্বা যিভমদা লৈরিবা ডোকুমেণ্টশিংবু চিফোন রিপেযার তৌগনি হায়বা অসিনি। তশেংবমক্তি চিফোন রিপেযার তৌনদবা রেকোর্ডশিংদি তিন্না মতৎ মতৎ চিকথৎলবা রেকোড নত্রগা মুক্না হৈজিন্দুনা মাংহল্লবা রেকোর্ড-শিংদমক চিফোন রিপেযার তৌগনি। রিপেযার তৌনবগী ফোব-মুলাশিংদি ফুল পেষ্টীং অমসুং মাইনর রিপেয়ারগা চপ মান্নৈ। মথক্কী ফোরমুলাশিং অসি এপ্লাই তৌরবা মতুংদা ঐখোয়না রেগ হেন্দ মেদ পেপরগী মহুৎতা চিফোন্না অতৎপা চামথোক্লবা রেকোর্ড-শিং অহ্ মথক মখা অনিমক্তা য়োমশিনগনি অদুগা দেকালুর পেষ্ট তৈশিনগনি।

## টিসু রিপেয়ার :

টিস্ পেপর হায়বসি জাপানগী য়াম্না পাবা চেনি। চে অসি থাউগী শরুক যাউদবা খোইরুপ্পী শরুক য়াউদবা চেনি। অশেংবমক্তি টিস্ পেপর অসিদি রেকোর্ড রিহেবিলিতেসনগীদমক্তি চংত্রবা য়াদ্রবা

মচাক অমনি অসিগুম্বা টিস্যু পেপর অসিদি রেপিয়ার মখল খুদিংমক্তা চংগনি, যাম্না মরু ওইবা মফমশিং হায়বদি ভারত জাতিগী রেকোর্ড ওফিস দিল্লি অমসুং ভারতকী অতৈ ষ্টেটশিংগী রেকোর্ড ওফিসশিং অমসুং পৃথিবীগী রেকোর্ড ওফিস খুদিংমক্তা হায়রিবা টিস্যু পেপর অসি রিপেয়ার এন্দ রিহেবিলিতেসনগী মখল খুদিংদা মরু ওইনা হেন্দ লেমিনেসনদা শিজিন্নৈ।

### লেমিনেসন ঃ

লেমিনেসন হায়বা অসিদি নশা শোক্লবা রেকোর্ডশিংবু হিংগৎ-হন্নবা অমদি অতেনবা মতমদা রেকোর্ড মযাম অমা মশা তেকখৎহন্নবা মেচিন অমনি। মেচিন অসি ইহান হান্না নেসনেল আর্কাইবস এন্দ রেকোর্ড সার্ভিস ৱাশিংটন, ভিঃ এসঃ এঃ না শিজিন্নবা হৌখিবনি। মথংদা ভারতবর্ষগী ওফিস নিউ দিল্লীদা চপ মান্নবা মেচিন অসি হৌজিক হৌজিক শিজিন্নরি। মেচিন অসি চাউরাক্লা (৬১×৮১ সিঃ এমঃ) শাংবা অমসুং পাকপা কা ৬ থোক্লা হোহনবা মেচিন্নি। হোহল্লিবা কাখল খুদিংমক ৭৫ সিঃএমঃ পাকই। মেচিন অসিগী বাখল খুদিংমক্তা অঙৌং-অশাগী চাং অমসুং নমশিন্নবগী প্রেসর য়াউই। লেমিনেসনগী মেথদ অসিদা মরু ওইনা শিজিন্নরিবা মচাকশিংদি টিস্যু পেপর, সেলুলোজ এসিটেদ ফোইল অনি অসিগী মতেংনা রেকোর্ড-শিং মশা তেকখৎহল্লি। মেচিন অসিনা ডোকুমেণ্ট অমা রিপেযার তৌবা মতমদা সেকেণ্ড ৩৫ দং চংহল্লি। অসিগুম্বা মেথদ অসিনা খ্বাইদগী থুবা রেকোর্ড রিহেবিলিতেসনগী মেথদনি।

### হেন্দ লেমিনেসন ঃ

খুৎকি লেমিনেসন অসিসু ষ্টেটকী আর্কাইবস কযামুক্তা শিজিন্নৈ মেথদ অসিদি মথক্কী ফোর্মুলা কযামুকসি এপ্লাই তৌরবা মতুংদা

টিস্যু পেপর, সেলুলোজ এসিটেদ ফোইল অমসুং এসিটোন শিজিন্নগনি। অসিগুম্বা থুংকি লেমিনেসন অসি ঐখোয়গী রেকোর্ড ওফিস অসিদসু ইরাই লাইনা শিজিন্নবা যাবা মেথদনি।

মথক্তা পিজখ্রিবা মচাকশিং অসি পৃথিবীগী জাতিগী রেকোর্ড ওফিসশিংদা হৌজিক হৌজিক এপ্লাই তৌনিবা জাতিগী অইবা রেকোর্ডশিংবু মশা তেকথৎহন্নবগী নিয়ম ঙাক্তনি।

**শ্রীমতি কেএইচ সোরোজিনি দেবী**
স্টেট আর্কাইবস

**Reference books :**


1 The Indian Archives Vol 1 No 2 (1947) Manuscripts on birch bark (Bhujaputra) and their preservation By— Jean Filliozat

2 The Indian Archives Vol XII, 1957 'The Repair and Preservation of birch bark and Clay coated manuscripts in the Gilgit Collection' — P C Majumdar

3 The Indian Archives Vol. XIV, 1962 'Preservation and Repair of Palf leaf manuscripts' — Banbir Kishare

4. Name of the books 'Re-habilitation of old recordes' Repair & Preservation of Records (Page 13-22) — K. D, Bhargava

5. অরিবা পোৎশিং লৌশিনবগী থারম "করম করম্বা পাম্বৈনা রেকোর্ডশিংবু মশা তেকথৎহনগনি" (পেজ ১২-২৬) — শ্রীমতি সরোজিনী দেবী

# প্রীজার্বভেসন এণ্ড কনজার্বভেসন ওফ ওল ম্যানুসক্রিপ্ট এণ্ড রেকোর্ডস

পৃথিবী অসিদা ভোঙান তোঙানবা মীওই কাংলুপশিংনা চাওখৎপগী লমজেলদা নোংম নোংমগী অবেপ্পা লৈতনা তান্নবি। মীওইবা জাতিনা থাদা ফাওবা চত্তুনা রিশার্চ কয়ানকম তৌদুনা অনৌ অনৌবা মখলগী চাংয়েং কযানকুম পুথোক্লুনা থাগী লৈমাযদা কবি করি লৈবগে হায়বা ফাওবা খঙনা ঙমলে। অসি যৌনা চাওখৎলবা ঙসিগী মীওইবনা চহি চা কযাগী মমাংদা থোকখিবা থৌদোক থাথোক চৎনপথাপ, শীজিন্নবস্বা খুৎশু-খুৎলাই, শেৎলম চাবস্বা ফি রোল শীনস্বা লৈতেং কয়া অদু তোকখোক্লুনা অওনবা অহোংবা কযানকমা লনজিং ওইদুনা মহৌশাগী লৈবদা চৎনরস্বা শীজিন্নবদা কয়া অদু লোযনা তোকখ্রে। মতমগী মতুংইন্না অওনবা অহোংবা কযানকম লাকপা হায়বসিদি কনানস্থু থিংবা ঙমদে, ঙমযমস্থু থোক্কে। মীওইবনী মখল লৌশিংনা নোংম নোংমগী হেন্না হেন্না অরাংনা থাখল থননা হেনগৎলকপগা লোযননা অনৌ অনৌবা মখলগী অওনবা অহোংবা কযানকুমস্থু নোংম নোংমগী অবেপ্পা লৈতনা হেনগৎলকই। চহি চা কযাগী মমাংদা লৈবস্বা মুনৈন-কৈরৈ, নাং অমস্থুং কশচর থোকখিবা থৌদোক থাথোক কযাবু মীওইবগী থাখলদা মতম পুম্নমক্তা অস্থুম নিংশিংদুনা লৈবা খক ঙমদে অদুগা মীওইবদি মতম থবা লৈরম্লগা শিখি। মাংলমচত্তা ঐথোয়গী ইপা ইপুশিংনা করি করি তৌরবা অমস্থুং কবি চৎনরস্বগে হায়বাসি থিরকপা মতমদা লীরবা মতমদা শিজিন্নরস্বা খুৎশু খুৎলাই থাং তা, লীরবা খুৎইগী লাইরিকশিং অমস্থুং লীরবা পুযাশিং, য়োত্তা হল্লস্বা অমস্থুং ইরম্বশিং

তোঙান তোঙানবা নিংথৌশিংগী হাক্তক্তা চৎনরম্বা শেল মযেকশিং ব্লোক নত্রগা শিলশিং, ওফিস লোয়শঙশিংদা শীজিন্নরম্বা রেকোর্ড-শিং ফাইলশিং অমস্থং দোকুমেন্টশিং, মহারাণী নত্রগা নিংথৌশিং অমস্থং অঙম-অথৌশিংনা শেৎলম্বা ফিরোলশিং, শিজিন্নরম্বা লৈতেং-শিং অসিনচিংবা কয়া অসিগী মতেং নত্তনদি অতৈ অতোপ্পা উপায অমনা মাংলমচৎকী থৌদোক কয়াবু মযেক শেংনা খঙবা হাযবসি ওইথোক্কে।

অসিগুম্বা জাতিগী তুংগী লল ওইহৌগদৌরিবা মমল যাম্লবা লীরবা পোৎশিং অসিবু মাংহন্দনা থম্বা হাযবসি তুংদা লাক্কদৌরিবা অমস্থং লৈহৌগদৌরিবা মীরোলশিংগীদমক্তা যাম্না মরুওইবা তঙাই ফদনা তৌদবা যাদ্রবা থবক অমনি। পৃথিবী অসিগী জাতি খুদিং-মক্তা অসিগুম্বা মমল যাম্লবা ললশিং অসিবু কুইনা মাংহন্দনা থম্নবা পাৎপ্নে কযামরুম শিজিন্নদুনা তোঙান তোঙানবা লোযশঙশিং মরু-ওইনা আর্কাইভস, আরকিওলোজি অমস্থং ম্যুজিয়ম হাযনা মমিং থোন্দুনা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা হিরমশিং অসিদা থবক পাযখত্নুনা লীরবা পোৎশিংবু মাংহন্দনা থিজিন্দুনা থম্মরি। ইউরোপ, আমেরিকা, রাশিয়া, চাইনা, জপান, ইংলেন্দ, জর্মন, ফ্রান্সনচিংবা চাওখৎলবা লৈবাকশিং অসিদা চহি লিশিং অনিগী মমাংদা শীজিন্ন-রম্বা পোৎ-চৈ কযা খোমজিন্দুনা থম্মী। মতৌ অমুম্না মণিপুরদসু হাযরিবা লোযশঙশিং অসি মতম থরগী মমাংদা হাঙদোক্নুনা অরিবা পোৎশিং অসি থিজিনবগী থবক কযা পাযখৎপা হৌরে। মণিপুরদা ললাই ম্যুজিযম কয়া লিংখত্নুনা লীরবা পোৎ-চৈশিংবু থিজিন্দুনা থম্নবসু য়াওরে। মরুওইনা মণিপুর ষ্টেট ম্যুজিয়মদা মথল মখলগী অরিবা পোৎ-চৈ কয়ামরুম খোমজিন্দুনা তুং কোয়না মাংহন্দনা থম্নবা থবক কয়াসু পায়খৎলি। ললাই ম্যুজিমদা, কৈশামপাত্তা লৈবা

মুতুবা ম্যুজিয়ম অমসুং ককচিংদা লৈরিবা পিপল ম্যুজিয়মনশু অরিবা কলচরগা মরি লৈনবা পোৎ-চৈ কযা খোমজিন্দুনা থম্বা হৌরে। মণিপুরদদা আর্কাইভস অনি লৈ অমনা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমিগী আর্কাইভস সেকসন অদুগা অতোপ্পা অমনা ষ্টেট আর্কাইভসনি। শোক ১৯৭৮ দা লিংখৎখিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি আর্কাইভস অসিনা মণিপুরগী লীরবা কলচর, সাহিত্য, ললিত কলা, জগোই ঈশৈ, লিলানচিংবা কযাবু থিগৎপগী থবক্তা অচৌবা থৌদাং যাদুনা থবক কযামরুম পাযখৎলি। মাংলমচত্তা ঐখোযগী ইপা ইপুশিংনা শীজিন্নরম্বদা চৎনরম্বা অমসুং লাইরিক লাইশু কযা খোমজিন্দুনা প্রীজার্ব তৌদুনা থম্লি। মণিপুর ষ্টেট আর্কাইভস অসি শোক ১৯৮১ ইংদা হাংদোকখি, আর্কাইভস অসিনা মকওইবা মণিপুব সরকাবগী লোযশঙশিংদা শীজিন্নরিবা নন করেন্ট ওইরবা ফাইলশিং, দোকুমেন্টশিংবু মাংহল-তাহনবা থোকহন্দনা মতম কুইনা লৈহৌনবগীদমক প্রিজার্ব তৌদুনা থম্বগী থবক কযামরুম পাযখংলি। আর্কাইভস আরকিওলোজি, লাইব্রেরি, ম্যুজিযম হার্যরিবা সংষ্ঠানশিং অসি অসি লীববা পোৎ-চৈ, লাইরিক লাইশু, খুৎশু-খুৎলাই থম্নবা মযম ঙাক্তনি অদুবু মাগী মাগী মথৌদি অমমম ওইনা তোঙানলি। মতাং অসিদা ঐঙোন্দা পীরিবা নিযমগা চানবা ওইনা লীরবা পোৎ-চৈ. লাইরিক-লাইশু অমসুং রেকোর্ডশিংবু তুং বোইনা মাংহন্দনবা পাম্বৈ হায়বসিগী মতাংদা চৎথরি।

## রেকোর্ডশিং অমসুং লীরবা লাইরিকশিংবু মতম কুইনা ঙাদুনা থম্নবা থৌরাং ঃ

লীরবা চে-চাং থুৎইগী লাইরিকশিং অমদি রেকোর্ডশিংবু মাংহন তাহনবা থোকহন্দনা থম্নবগীদমক মরুওইবা থৌরাং কযামরুম

পাযথৎপা চংই। মরম অসিনা অহানবদা ঐখোয়না রেকোড'শিং থম-গদৌরিবা কাশিং অদু যাম্না চ্যেকশিন্না শাবা তাই। কা হেন্না চোত্তবা লৈবাকসু কা হেনবা থোৎপা মযমদা মকওইনা অকুৎপা মফম ওইদবা ঈশিং থুম্রাইদৌবা মফমদা শাগনি। কা অসি যাম্না চ্যেকশিন্না মুংশিং মুংশাগী ভিফম চপ চানা থম্বা যাবা কা ওইহনবা তাই। তিল কাংনা চঙবা ঙমদনবা যাম্না চ্যেকশিন্না অহোবা মখুলমচিংবা লৈহন্দবা তাই। মতম কুইনা লীতুনা থমগদবা রেকোর্ড'শিংবু অহানবমক্তদা অতোপ্পা কা অমদা পৈতুনা থম্নগা রেকোড'শিংদা যাওরকপা উফুল-রাইফুলনচিংবা ফত্ত-হৌদি মরাম অদু শেংনা শেংনা শেংদোকপা তাই। রেকোড'শিং অমসুং লাইবিকশিংবু তুং কুইনা লৈহনবদা মুংশা মঙাল অমসুং অঙানবা থাউমৈনা অবাযবা কম্নামকম থোকহল্লি, মরম অসিনা কাশিং অদুগী থোংনাওশিং অদু মুংশা মঙালদগী ঙাথোক্নবা মচু মচুগী মীংশেল পানবা থোংনাওশিং পানগদবনি। যাম্নবদা কা অদুদা ৪০ রাট দগী ৬০ রাট কী ইলেক-ত্রিক্ট ব্লব থানবা ফৈ। কা অদুদা অইং অশাগী চাং মাম্নবা থম্নবগী-দমক্তা মতম পুম্নমক্তা ২২° সি: ০ত্রগা ১২" এভঃ — ৭৫° এফঃ কী চাংদা থনগনি। অইং অশাগী চাং মাম্ননা থম্বা থমত্রগনা মখল মখলগী কেমিকেল কযামকন শাত্তিন্নবা তাই। থাইমল অমসুং সিলি-কাজেল কৌবা কেমিকেল অনি অসিনা বা অদুদা চাং মাম্নবা শেম্নগা থম্বা তাই। মদি হাপত্রিইগী মনাদা উফুল রাইফুলশিং অসি শেংনা শেংদোকপা তাই, অসিগীদমক এখোযনা ডকম ক্লিন্নর কৌবা অচৌবা যোৎকী উপু অমদা হাপ্পগা ইলেকত্রিক্টকী মহুৎনা রেকোড'-শিং অসি ওনথোকপা তাই। রেকোড'শিংদা চুশিনবা নত্রগা লৈকাংনা মমশিনবদগী শেংদোক্নবগীদমক কেলসিযম হাইড্রোক্সাইদ অমসুং কেলসিযম বাই কারবোনেট কৌবা কেমিকেল অসি ঈশিংগা চাং চম্নগা হাপ্পগা রেকোদ'নচিংবা শেংদোকপসু যাই। অসুম্না চাম্নবা

মতুংদা রেকোর্ডশিং অসি থাইমল যুমিগেস্‌ন চেম্বর কৌবা অহোবা যোংকী উপু অমদা ইলেকট্রিক ব্লব ৪০—৬০ গী অমা থাল্লগা থাইমল নীংথিনা হাপ্লগা থোগনি। মসিনা রেকোর্ডশিং অদুদা তিল কাণ্ডনা চাথৎপদগী ঙাকথোকপা ঙম্মী। ক্যুবিক মিটর অমা পাকপা মফম-দুদা যাইবা তারবদি গ্রাম ১০০—১৫০ যাংবগী চাংদা থাইমল অসি হাপ্লগা য়াইগনি। থোবা অসিনা কংলবা মতুংদা রেকোর্ডশিং অসিদা থুপচিনবা শেগাযবনচিংবা যাওরম্বা অদুবু ইলেকট্রিক প্রেস মেচিল অমনা তকথোকনি অমসুং শেগায়বশিং অদুবু হেন্দমেদ পেপর শীজিন্নগনি। চেনা অদুনা নাকল অমতনক ইবা ওইরবদি হেন্দমেদ পেপর শীজিন্নগনি অদুগা নাকল অনিমক ইবা তারবদি টিস্যু পেপরনা নপশিনবা তারবদি সেলুলোজ অমসুং এসিতোন অসিড অসি চংই। অতোপ্পা তিল কাণ্ডনচিংবা মচা পোকনত্তনবগী ঙাকথোরবা বা অদু ঈশিং গ্রাম ১০০ দা মাইথেলোটেদ স্পিরিট ১০ গী চংদা হাপ্লগা বাপথোকপসু যাম্না কান্নে।

## তীল কাণ্ডশিংনা রেকোর্ডশিংবু মাংহন তাহনবগী কন্নবা থৌরাং ঃ—

লাইব্রেরিশিং অমদি রেকোর্ডশিংবু মাংহন তাহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরিবা তীল কাণ্ডশীং খুদম ওইনা থরমি, মিরাং, লৈশো, উচি অমসুং ঙৌরি ঙৌরি তৌবা মমৈ পানবা তিলগী মখল অসি এখোযনা খ্বাইদগী চোবশিনগদবনি। অসিগুম্বা তিল কাণ্ডশিং অসিনা মাংহল তাহনবা বযাংবম থোবহনবদা নত্তনা লাইব্রেরিশিং অমদি রেকোর্ডশিংবু শিংকুপ শানা চাথৎলী, মসিদগী কন্নবগীদমক কা অদু দিঃ দিঃ টিঃ নিংথিনা চাং নাইনা বাপথোবপা ফৈ। খ্বাইদগী

ফবা মওং অমনা ফুমিগেসন কৌবা অচৌবা উপু অমগী মনুংদা প্লাবা-দাইক্লোরোজিন, কার্বোন দাইওক্সাইদ অমসুং ইথিলিন ১-৭ গী চাংদা য়ানশিন্নরগা কাপথোকপসু যাম্না কান্নে। উচিশিং অসি লাইব্রিকশিংবু মাংহনবদা খ্বাইদগী অচৌবা থৌদাং লৌই মরম অসিনা উচি হাৎনবা জিঙ্ক ফোসফেট ঈশিং গ্রাম ১০০ দা ৫ গী চাংদা হাপ্লগা আরসেনস ওক্সাইদ ঈশিং গ্রাম ১০০ দা ২০ গী চাংদা হাপ্লগা পুন্না য়ানশিন্নরগা কা অতুদা থম্নগনি।

## হুন্না নুংশিৎকী ফিভম অমসুং অইং অশাগী চাঙ :

লাইবিকশিং, রেকোর্ডশিংবু অমুক্কা হেন্না মতম শাংনা থম্বদা হুবা নুংশিৎকী ফিভম অসি অস্থক্কী মতিক মরু ওই। মরম অসিনা যাম্না কা হেন্না শামনবা অমদি কা হেন্না ইংমনবনা রেকোর্ডশিংবু অস্থক্কী মতিক অমাঙ অতা থোকহল্লি। হায়বদি ইংবা হেলমল্লগনা কোকফাই কারকই, অতুগা শাবা হেল্লবসু প্রেক প্রেক খামদেকুনা থুনা শেগাযরকই। প্রকৃতিগী খুৎশেমগী হুবা নুংশিৎকী ফিভম তনিনা মতম পুম্নমক্তা চাঙ মান্নবা লৈতানা খুৎশেমগী মেথোদ শিজিন্নতুনা কা অতুদা অইং অশা মান্ননা থম্নবগীদমক কালেন অমদি নিংথম থা অনিগী খেন্নবা অসি নিংম থাদনা ১০° সি: ( ৫০° এফ: ) অতুগা কালেন থাদনা ৪৫° সি: ( ১১০° এফ: ) অসিগী চাংদা খেন্নবা ভারত্তা লৈ। অইং অশাগী চাং ৩২°০ ( ৯০° এফ: ) দগী চাং হেনবা তার-বদি কোকফাই বাবা চোৎ চোৎ লাউবা অমসুং লৈনিল কারকই অমসুং তীল কাঙশীংনা মাঙহন তাহনবা থোকহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌরকই।

## অফবা চে অমসুং মুক্কা থান্নবা ঃ

রেকোর্ডশিং, লাইরিকশিং মতম শাংনা তুং কোইনা মাঙহন তাহনবা থোকহন্দনা থম্নবগীদমক মুক অমসুং চে অসি অযবা মখলগী খন্দুনা শিজিন্নবা তাই। য়াম্না মরু ওইবা রেকোর্ডশিং, লাইরিক-শিংগীদমক্তা অমাং অতা থোক্তনবগীদমক মশিঙ যাম্না যাম্না যাংবা পোৎশিংনা পুল্লগা শাবা চে শীজিন্নবা তাই। মরম অসিনা উগী মশিংদগী শাবা চে শিজিন্নবা তাই। মরম অসিনা উগী মশিংদগী শাবা চেনা খ্বাইদগী ফবা হেল্লি। মুক্কা রেকোর্ডশিংবু মাংহন-তাহন-বদা বদায ফাওবা মতেং পাংবগে হায়বা ইন্দিয়ান ষ্টেন্দার্ড ইনষ্টি-ট্যুদনা ইংশোক ১৯৬১ দা পুথোকখি অদুগা লোযননা মখোযনা অযবা চে অমসুং মুক শীজিন্নবনা রেকোর্ডশিং দোকুমেন্টশিং অমসুং অরিবা লাইরিকশিংবু করিগুম্বা অমাং অতা থোক্তনা থম্বা যারে হায়বসি ইংশোক ১৭৭৪—১৯৬১ ফাওবা থমদুনা চাংযেং কযা তৌরবা মতুংদা পুথোকখি। ইংলেন্দ অমসুং আমেরিকা, রাসিযানচিংবা লৈবাক-শিংদা অযবা চে অমসুং অফবা মুক শীজিন্নে। ভারতবর্ষদসু দিল্লিদা লৈরিবা আর্কাইভস ওফ ইন্দিযানা অফবা চে অমসুং অযবা মুক শীজিন্নদুনা রেকোর্ডশিংবু মতম কুইনা লৈহৌনবগীদমক শীজিন্নে। এসিদকী শরুক কা হেন্না যাওবা মুক্কা রেকোর্ডশিংবু চাথত্তুনা কুইনা থম্বা যাদে, মসিনা রেকোর্ডশিংবু অমাং অতা থোকহনবদা মরুওইবা মচাক অমা ওই। মৈতৈশিংনা মমাংঙৈদা মশানা শাজবা মৈতৈ চেদা লাইরিক কযা ইদুনা শীজিন্নরম্মী। মুবসু মশানা শেমজবা মুক শীজিন্নদুনা লাইরিকশিংবু ইরম্মী। ঙসি যাওবদসু চে অমসুং মুক অসি নিংথিজনা শেম শাদুনা অমসুং শেমদুনা শীজিন্নরি। মৈতৈশিংনা শেম্লিবা মুক শারিবা চে অসি চহি ২০০ গী মথক্তা অমাং অতা থোক্তনা থম্বা য়াই।

## রিপ্রোগ্রাফিগী মতেংনা লীব্রবা চে চাং কয়াবু মাংহন্দনা থম্নদা মাহুবা ঃ

বিপ্রোগ্রাফি হাযবা ৱাহৈ অসিগী মথৌ অসি কোপি মশীং যাম্না হাম্নগী মশাগী মওং শুংকাই কাযহন্দনা নমথোক্লবগী মকওইবা ডি-ভাইস অমনি। রিপ্রোগ্রাফি হাযবদি হাম্নগী মশাগী লৈজরম্বা মওং অদুবু কাযহন্দনা মরাং কাযনা পুথোবপদা লৌরিবা থৌদাং অদুবুসু থংনৈ। হাযরিবা থবক অসি পাংথোকপদা জেরোক্স অমসুং মাইক্রো ফিলম কৌবা মেচিন অনি অসিগী মতেংনা পাংথোকই। মাইক্রো ফিলম হাযবসি তোপ তোপ্পা মথল অমগী ফোটোগ্রাফিনি। মসিসু মঙালগী মতেংনা লৌরিবা ফোটোগ্রাফ মথল অসিগা মান্নি। অদুম্নদি ওইরগা মাইক্রো ফিলমনা লৌরিবা ফোটোশিং অসি চুম্নগী মওইবগী মীৎনা উবদা ৱানা থোকই। মাইক্রো ফিলম বিদব মেচিনগী মতেংনা অনম্বশিং অদু পাবা ঙম্মী। মাইক্রো ফিলম অসিবু মাইক্রো ফো-টোগ্রাফি হাযরগসু থংনৈ। অথাবা অচৌবা লাইব্রিকশিং যাম্না চাওবা রেকোর্ডশিংগী অচৌ অচৌবা ভোলুম কযাবু অমুবহন্না থুৎনা ইবদা তাইপ তৌবদা চংগদবদগী মাইক্রো ফিলমগী মতেংনা ১৬ মিলি-মিটর অমসুং ৩৫ মিলিমিটর যিলম হানভিল্লগা যাম্না থুনা ফিলমগী মতৌশুম রেকোর্ডশিং অমসুং লাইব্রিকশিং অদুবু নমথোকপা যাই। মসিনা রেকোর্ডশিং অদুবু থম্নদা মতম কুইনা অমাং অতা থোকপদগী ঙাকথোকপদা নত্তনা থমযমগী মাযবৈদসু অরুব্বা মতিক য়াম্না ইকো-নোমি ওইহল্লি। অদুদসু নত্তনা অথু অকাইসু নংহল্লি। মাইক্রো ফিলম্না কদায ফাওবা কান্নবগে হাযরবদা স্কার ইঞ্চ লিশিং কয়া শাংবা কোপি কয়াবু স্কার ইঞ্চ অমদা মশাগী হান্নগী মওং অদু শুংকায় কায-হন্দনা নমথোকপা ঙম্মী। মাইক্রো ফিলম মেচিন অসি মমলদি যাম্না য়াম্মী য়ামদ্রবদা লুপা লাখ ১ গা লিশিং ৫০ দগী তাদনা পী।

হাযরিবা মেচিন অসি ভারতবর্ষগী রেকোর্ড থমযম নেসনেল আর্কাইভস নিউ দিল্লিদা লৈ। মাইক্রো ফিলমগী কান্নবা অসি High speed work, space saving, Ease handling,* Fascimile copies, permanance, Saving in weight, File integuity, aceeptance as legal evidence নচিংবা মাযকৈ কযাসিদা কান্নবা ঙমহল্লি। মাইক্রো ফিলমগী মতেংনা ফোটো লৌরগা থম্নগী বান্নবা অসি ইহান হানবা ওইনা শোক ১৮৫৩ দা John Benjamin Dance কৌবা ইংলিসনেন অমনা পুথোকখি। অতুগা মথংদা অমুক Robert Goldschmid না খৃ: ১৮৭৭-১৯৩৫ দা তশেং তশেংনা মরুওইবা মমল যাম্নবা রেকোর্ডশিংবু মাইক্রো ফিলম লৌরগা প্রিজার্ব তৌবগা থম্নদা যাম্না কান্নি হাযবসি পুথোকখি।

জেরোক্স মেচিন হাযবা অসিসু রেকোর্ডশিং দোকুমেন্টশিং হান্নগী লৈরম্লিবা মওং কাযহন্দনা নমথোকপা যাবা মেচিন অমনি। মকওইনা জেরোক্স কোপি জেরোক্স পেপরদা নম্মী। এক্সরেগী মতৌগুম্না নেগেটিভ হাপ্পবা উম্না জেরোক্স মেচিনসু লৈ মতুগী মনুংদা চার্জ হাযতুনা সেলেনিযম কৌবা হঙ্গাম মরুওম্না বুপ্পা কযামকম হাপ্লি। জেরোক্স মেচিন অসিসু ফোটোওম্না লেন্স পাল্লি। যাম্না কান্নি। অথাবা যাম্না যাম্বা রেকোর্ডশিং নম্নগীদমক্তি জেরোক্স অসি কান্নবা হাংলি।

## অতোপ্পা মাংহন তাহনবা থোকহনবা কয়াদগী রেকোর্ডশিংবু ঙাকথোক্নবা পান্নি :

তিল কাঙ, হন্না মুংশিং কযা অসি নত্তবা অতোপ্পা প্রকৃতিগী মাযকৈরোনদগী অমাঙ অতা কযামরুম থোকহন্দবা নত্তে। খুদম

ওইনা য়ুহারহাবা, ঈশিং ঈচাও, মৈ চাকপা অসিনচিংবা কয়া অসিদগী ডাকথোক্লবগীদমক ঐখোয়না রেকোর্ড থমফম অসি নিংথিনা ডাক শেনবা তাই। রেকোর্ড থমফম কাদা মৈথু চুরুপ বেরীনচিংবা থিং-গদবনি। মৈ হৌবা য়াবা পোৎ অমত্তা রেকোর্ড থম্লিবা কাদা থম-লোইদবনি পুশিনবস্থ থিংগদবনি। রেকোর্ডশিংবু মতম কুইনা থম্বদা শীজিন্নবা সন্দথিচে অথাবনা শাবা কার্বটন বোক্স কৌবা উপু শাহনা মতুগী মন্নুংদা রেকোর্ডশিং অমস্নুং লাইরিকশিংবু হাপ্লগা থম্বস্থ যাম্না কান্নে। লীরবা খুৎইগী লাইরিকশিংগীদমক্তি শুম চারোইদবা উপাক্লা নিংথিনা শেম্লগা থম্বস্থ কান্নে। সেলুলোজ এসিটেদ ফোইল, এশিতোল, টিস্থ পেপর, হেন্দমেদ পেপরনচিংবা কযা শীজিন্নহনা বেকোর্ড নিংথিনা নপশিল্লবা মতুংদা নিংথিনা শেমজিন শাজিন্দুনা ফোংচিনগনি। অফবা মোইদাগী গম শেম্লগা রেকোর্ডশিং নপশিন-গনি। গ্নু শিজিন্নবা যাই অতুবু মতম শাংনা থম্বদা কান্নবদি ওইদে। মৈ চাকপদগী কন্নবগীদমক যাবার এক্সটিংগুইসর হাযবদি মৈ চাক্ল-কলগা মুৎথৎনবা খুৎলাই মরাং কাযনা কাশিংদা থমগনি। নেপ-থলিল কৌবা কপুরগী মখল অসিস্থ বেকোর্ড থম্মীবা উপুশিং অতুগী মন্নুংদা হাপ্পস্থ কান্নে। মসিনা তিল কাঙশিং উপু মন্নুংদা ডাকথোক-পা ঙম্মী।

বেকোর্ডশিং অমস্নুং লীরবা লাইবিকশিং অসিবু মাংহন তাহন-বদগী কন্নবগীদমক থোইদোক্লা হিরম অসিদা খং হৈরবা মীওইশিংনা থবকশিং অসি পায়খৎপা তাই। রেকোর্ডশিংবু থম্বা মতমদা যাম্না চগুংননা খক থমজিল্লোইদবনি, ফরক থরা থরা লৈহনগদবনি, মসিনা নুংশিৎ নুংশা মতিক চানা যংহল্লি কোকযাই কাশিনবা অমদি থাম-তেকপনচিংবদগী ডাকথোকপা ঙম্মী। বেকোর্ডশিং অমদি লাইরিক-শিংবু বাইন্দিং তৌবা মতমদা রেকোর্ডশিংগী মশা শোকচিনবগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙনবা মওংগী বাইন্দিং তৌগনি। রেকোর্ডশিংবু

ব'ইন্দিং তৌশিনবগী থবক অসি লীরবা লাইব্রিকশিং অমসুং রেকোর্ড শিংগী দনক যাম্না মরুওইবা মচাক অমনি।

## রেকোর্ড সার্ভিসিং ঃ

লীববা বেকোর্ড শিং অমসুং লাইব্রিকশিং অসি বিশার্য স্কোলার-শিং অনদি কনাগুম্বা মীওইনা করিগুম্বা হিরম অমদা কুপ্না থিজিনবা পানজবশিং কান্নবা যংহল্লি। মরম অসিনা রেকোর্ড শিং অমদি লাইব্রিকশিং অসি রিশার্য স্কোলাবশিংনা পানবগীদমক পাযম কা বিশার্য কম অমা থমগনি। রেকোর্ডশিং অমসুং লাইবিকশিং অসি লনাই মীওই অমসুং গোভর্ণমেন্টকী এজেন্টশিংনা শীজিন্নবা য়াই। বেকোর্ডশিংবু লৌথোকপা অমসুং থম্বগী থবক অসি আর্কিভিসনা তৌগনি। বেকোর্ডশিংবু লৌথোক্লগা শীবা মতমদা রিকুইজিসন স্লিপ অমা শীজিন্নগনি। মসিনা রেকোর্ডশিংবু সেরিযেল কাযদনা থম্বদা তেংবাংই। রেকোর্ডশিংবু সেরিযেল নাযনা থম্বনা মাংবা তাবা থমকম থংদবনচিংবা থোকপদগী কনবা ঙম্মী। মরম অসিনা রেকোর্ড-শিং অমসুং লীরবা লাইব্রিকশিংবু শেম্নরিবা মীশিং অদুগীসু রেকোর্ড শিং অদুবু তুং বোয়না লৈহনবদা অচৌবা শরুক যাই। রেকোর্ড-শিংগী ফাইল লিষ্ট ট্রান্সফার লিষ্ট, চ্যেক লিষ্ট, রেকোর্ড গাইদন-চিংবা থমদুনা বেকোর্ড শিং অদুবু মাংখিবা তারবসু থিবা রাদনবা নিংথিনা শেমদুনা থমগনি। রেকোর্ড সার্ভিসতা খ্বাইদগী মরুওইবা মচাক অমদি ইন্দেক্স লিষ্ট অসিনি, মরম অসিনা ইন্দেক্স লিষ্ট অসি নিংথিনা শেম্বা চংই। মতৌ অসুম তৌদুনা রেকোর্ড শিং মাংহন্দনা থম্নবা গোভর্ণমেন্টনা পাযথৎপা অমদি পাযথৎতবা থিদনা লনাই ওইনা রেকোর্ড শিংবু থম্বদা অকাইবা করিসু লৈতে। তোঙান তোঙানবা অচৌবা কারবার তৌবা কাংবুশিংবুদি মশাগী রেকোর্ড শিং

ফজনা মাংহন তাহন্দনা থবক পায়খৎলি মসিবু ব্যুজিনেস আর্কাইভস হায়নস্থ খঙনৈ।

ইতিহাসকী মরুওইবা মচাক কযা যাওবা খুৎইগী লাইব্রিকশিং নত্রগা সাহিত্যগী মচাক কয়া যাওবা খুৎইগী লাইব্রিকশিংবু মাংহন্দনা থম্নবা থৌরাং কযামরুম পায়খৎপা মতমদা মৈ, ঈশিং, মঙাল, শাবগী চাং, চোৎপগী চাং, মুংশিত্তা যাওবা শেংদবা মুংশিৎ, কোকফাই, প্রকিতিগী খুৎশেম অমস্থং মীওইবগী সমিলনচিংবা কযা অসিনা অচৌবা যেক্লবা অমা ওইহল্লি। হাযরিবশিং অসিনা রেকোর্ডশিংব মাংহনবদা অচৌবা থৌদাং লৌই। মরম অসিনা কনাগুম্বা লনাই মীওইশিংনা রেকোর্ডশিং অসি থমগে হাযরবদি যাম্না চ্যেকশিনব উপুশিং চল্লগা কেমিকেলশিং, নেপথেলিল, সিলিকাজেল, থাযমোন নচিংবা হাপ্পুনা থমগনি অমস্থং উপু মম্নুং অদু মরক মরক দিঃ দিঃ টিঃ নিংথিনা কাপথোকপস্থ কানৈ। মণিপুরদা লনাই মীপইশিংগী যু-দা মমল যাম্নবা সাহিত্যগী অমস্থং ইতিহাসকী ওইবা খুৎইগী লাইব্রিক কযামরুম লৈনরি। হাযরিবা লাইবিকশিং অসি নিংথৌনা যাম্না চ্যোকশিন্নদি থমনৈ অদুবু মখোযনা তীল কাঙ অমদি চুশিনবগী ঙাকপোক্রবা পাস্নদি অমত্তা শীজিন্নদবনা অসিগুম্নবা মমল যম্নবা খুৎইগী লাইবিকশিং অসি মাংখিবা কোন্সাই যাওই। চহি-চা কযাগী মমাংদগী লৈবক্লবা খুৎইগী লাইবিক অসিবু মখোযনা কান্নফম থংহন্দনা ম্যাংহনখিবনা ঙসিমক লৈবাক অসিদা অশেংবা পোৎ থিরকপদা যাম্না অৱাবা খুদোংথিৱা কযা হাকথেংনরি। খুৎইগী লাইবিকশিং অসি অহানবদদি মসিগী মকওইবা অসি থংনরমত্রবস্থ ঙসিদি অদুক্কী মতিক মরু ওইরক্লি। লমদম অসিদা মশাগী লোন্দা এমঃ এঃ ফাওবা তমহুনা রিশার্চ তৌৱা যাবগী খুদোংচাবা কযা লৈরে অদুবু তমগদৌরিবা থিগদৌরিবা মচাকশিং অদুদি অসিগুম্নবা খুৎইগী লাইরিকশিং অসিগী

মথা যাম্না পোল্লি। লৈবাক অমগী সাহিত্য লোল অমস্তুং কলচরবু চাওখৎহনবদা থুংইগী লাইব্রিকশিং অসিগী থৌদাং চাওনা লৈ। মরম অসিনা মাংখিবা কযানা মাংথ্রবস্তু হৌজিক হৌজিক লৈরিবা অমদি ফংলিবা খরা অসিদি তুং কোইনা মাংদনা লৈহৌনবগীদমক ঐখোয়না মরুওইবা চেৎকশিন থৌরাং কযা শীজিন্নবুনা থবগী মতম ওইরে।

এল, অশোককুমার

# প্রীজার্বভেসন ওফ ন্যেটইউরেল হিষ্টরী সেপস´ইমেন

মণিপুর, পৃথিবীগী মন্নুংদা সংস্কৃতিদতা নত্তনা মহৌশাগী ওইবা লনগৈদসু ইনাক খুনবদা মমিং চৎপা লৈপাক্নি। লৈপাক অসিদা কংলিবা শা-ডা অমসুং পাম্বীশিং অসি মকম অতৈদগী খেন্নে। মরমদি লৈপাক অসিগী ঈশিং-নুংশিৎকী ফিভম, অঈং-অশাগী ফিভম, লৈপাক লৈহাও অমদি অকোইবদা লৈরিবা মহৌশাগী ফিভমশিং অসি অতৈ লৈপাক্কগী খেন্নে। ভাবতকী মকম অতৈদা ফংদবা মমিং চৎপা শা-ডা অমদি পাম্বীশিং মণিপুরদা য়াম্না ফংই, মখোযশিং অদুদি :— শা-ডাগী জাৎতা— শবেং, শাডাই, হুইখৌ, ভারগোপাল, ডানপ, পেংবা অসিনচিংবা অসিনি। হাযরিবশিং অসিদগী শঙাই হাযরিবা শা অসিদি পৃথিবীগী মকম অতৈদা ফংদবা মণিপুরদা মাগী অমতা ডাইরবা মযুমনি। মণিপুরদসু শা অসি কৈবুল লমজাওদতা ফংই। মরম অসিনা ভারত সরকারনা তাংলবা শা অসিগীদমক্তা কৈবুল লমজাওদা পার্ক অমা শেমখি। খৃঃ ১৯৭৭ তা মণিপুর সরকারনা পার্ক অসিবু নেইসেনেল পার্কনি হাযনা লাওথোকখি।

পাম্বীগী জাৎতা— মুঙশম, শিরোই লিলি, খোঙম্মেলৈগী জাৎ অসিনচিংবা অসিনি। শিরোই লিলি পৃথিবীগী মকম অতৈদা ফংদবা যাম্না মমিং চৎলবা লৈনি। মণিপুরদসু শিরোই চীংদা নত্তনা অতৈ মকমদা ফংদবা পাম্বীনি। পাম্বী অসিবু মিঃ কিং বার্ড কৌবা মুপা অসিনা খৃঃ ১৯৫০ দা পুথোকখি। মসিগীদমক্তা লণ্ডনগী রোয়েল হোটিকলচরেল সোসাইটিনা মঙোন্দা এবার্ড ওফ মেরিত পিখি।

মহৌশা লাইব্রেম্বীনা পীবিবা মমল য়াম্লবা তাংলবা জীবশিংবু শিরবা মতুংদা অমাং-অতা য়াওদনা মতম কুইনা অহিংবদৌদা প্রীজার্ব তৌহ্নুনা ম্যুজিয়মদা থম্মী। অসিগুম্বা শা-উচেক অমদি পাম্বীশিংবু থম্লিবা ম্যুজিযমবু ন্যেটইউরেল হিষ্টরী ম্যুজিয়ম কৌই। ন্যেটইউরেল হিষ্টরী হায়বদি শম্মা হায়রবদা প্রকৃতীগী ইতিহাস হায়বনি। মসিদা যাওরিবশিংসি লৈপাক্কী মরমদা হায়বদি পৃথিবী শেমলকপদগী হৌনা হৌজিক ফাওবগী ওইরিবা ফিভমশিং, অনিশুবদা পাম্বীগী জাৎতা অপিকপা কং মকুপতগী অচৌবা উপাল ফাওবা, অহুমশুবদা শাগী জাৎতা সেল অমত্তনা শাবদগী হৌহ্নুনা মী ফাওবা চিংভী। অসিগুম্বা ম্যুজিযম অসিবু যেংউরগা লৈপাক অমগী ফ্লোরা এণ্ড ফৌনা অসি যাম্না লাইনা থংবা ঙমই। ন্যেটইউরেল হিষ্টরী ম্যুজিযমনা মমল যাম্লবা তাংলবা পোৎশকশিংবু মতম কুইনা অমাং-অতা যাওদনা অহিংবদৌনা যোক্নুনা তুংদা লাক্কদৌরিবা মীওইশিংগীদমক্তা থম্মী।

ম্যুজিযমদা লৈবা শা-উচেক অমদি পাম্বীশিং অসি মওং অনি থোক্না প্রজার্ব তৌই। অহান্বদা— ৱেত প্রীজার্বভেসন, অনিশুবদা ড্রাই প্রীজার্বভেসন। (1) চোৎনা কেমিকেলদা লীহ্নুনা থম্ববু ৱেত প্রীজার্বভেসন কৌই। (11) অকংবা ওইনা লীববু ড্রাই প্রীজার্বভেসন কৌই।

## ড্রাই প্রীজার্বভেসন ওফ বোটনিকেল সপস'ইমেন

পাম্বীবু কংনা লীবগী মওং অসিবু সাইন্টিফিক টমদা হেবরিযম মেথোদ হাযনা থংনৈ। হবেরিযম মেথোদ অসিদস্থু মওং অহুম থোক্না তৌবা য়াই। অহান্বদা সিমপল ড্রাই প্রোসেস, অনিশুবদা কটন ড্রাইয়িং প্রোসেস, অহুমশুবদা সেন্দ বাত ড্রাইযিং প্রোসেস।

(i) **সিমপল ড্রাই প্রোসেস :** মসিগী প্রোসেস অসি নিউজ পেপর নত্রগা মুকচাবিদা ওইহনবনিংবা মতৌদা লৈ মনা, লৈ অশাংপা, অমদি নৈথোক মখোইশিং অসি যজনা থমদুনা মান্নবা মফম অমদা অথাবা চে তানি-হন্নুম্না মথক মখা থাদুনা মথক্তা অকন্বা পোং অমনা নন্দুনা চযোল অমা থমগনি। চযোল অমগী মতুংদা হাংদোক্নুনা লৌথোক্কনি। অদুবু মসিগী প্রোসেস অসি বংলবা মতুংদা মশাগী মচু অমদি মওং তোংলকই। মসিগী মহুত্তা হৌজিক্কি অনৌবা মথাগী প্রোসেসশিংসি শীজিন্নদুনা মচু অমদি মওংবু প্রিজার্ভ তৌবা ঙমই।

(ii) **কটন ড্রাইয়িং প্রোসেস :** অহান্বদা মুকচাবি অমদা লশিং ১½" থানা তৌগদৌবিবা পোংশক অদুগী পাক-চাওবা মতুং ইন্না থাবীগনি। লশিং অদুগী মথক্তা অপাম্বা মতৌদা পোংশক শেন্বীদুনা থমগনি। পোংশক অদুগী মথক্তা লশিং ১½" থাবা অমা অমুক কুপ্পগনি অদুনা লশিং অদুগী মথক্তা মুকচাবি অদুম নত্রগা মবিনা মথক অমস্তুং মখাদা কুপশিনবীগনি। অদুগা নৈথেম মান্নবা মফম অমদা অকন্বা পোং অমনা নন্দুনা চযোল অমা থমগনি। চযোল অমগী মতুংদা হাংদোক্নুনা লৌথোক্কনি। মসিগী মওং অসিনা মশাগী মওং অমদি মচুবু কাইদনা প্রীজার্ভ তৌবা ঙম্মী।

(iii) **সেন্দ বাত ড্রাইয়িং প্রোসেস :** খুদেংগুম্বা পাত্র অমদা লৈঙোই চোচ্রোবী অকংবা ইঞ্চি ৬ থানা হাপবনি। লৈঙোই অদুগী মথক্তা মুকচাবি অমা থাগনি। মুকচাবি মথক্তা লশিং ইঞ্চি ½ অমা থানা থাগনি লশিং অদুগী মথক্তা পোংশক অদু থমগনি। অদুগা হান্নগীগুম্না চপ মান্ননা মথং মথং লশিং, মুকচাবি অমদি লৈঙোই পোংশক অদুগী মথক্তা হাপ্লিগনি অদুগা ২৫°—৩০° সি

ফাওবা মৈশা পিবিদুনা মুনিৎ ভুমনি থমগনি। মতুগী মতুংদা পোৎ-শক অদু হাংদোক্লুনা লৌথোকনি মসিগী প্রোসেস অসিনা মক ওইনা উটহৈবু নশাগী মচু অমদি মওং বাইদনা প্রীজার্ভ তৌবা ঙম্মী।

## ব্লেট প্রীজার্ভেসন ঃ

মনাংতৈদগী হৌনা হৌজিক যাওবা মথাম পুম্নমক্কী 8% ফোরমেলি নত্রগা ৭০-৯০% আলকোহল নত্রগা ৫% কোপর সলফেত অসিবু প্রীজার্ভেতিপ ওইরগা প্রীজার্ভেতিপ স্পেসইমেন জাবদা হাপ্তুনা মথুন চেৎনা থুমদুনা প্রীজার্ভ তৌই। অদুবু মশাগী ওইজবা মচু অদু নত্তন থরগী মতুংদা কেমিকেল অসিনা মাংহনখি।

## কলের প্রীজার্ভেসন ঃ

যাম্না অতাংবা পাম্ভৈশিংগীদমক্তদি মথক্কী পিখিবা প্রীজার্ভেটিপ কেমিকেলশিং অসিগী মহুত্তা গ্লোসেরিন ই, ডি, টি, মারকরি ক্লোবাইড অহুম অসি শীজিন্নদুনা লৈ অমদি উনাগী মচুবু মতম কুইনা লীবা ঙমলে। মশাগী মচু মাংহন্দনা লীবগী মতুং অসিবু দাইহাযড্রেসন প্রোসেস তৌই। ২০% গ্লোসেরিন টিস্যু মনুংদা যাওবা ঈশিংগী শকক অদু লৌথোকই। মচু অসিবু দরগানিক মেটিরিযেলনা শাই। মরম অদুনা গ্লোসেরিননা ঈশিং লৌথোকপদা মচু মাংই। মচু মাংদনবা ই, ডি, টি, ৫ জিএম যান্দুনা মচুদু ফাজিন্দুনা থম্মী। মারকরি ক্লোবাইড ২ জিএম যান্দুনা ডিতোরিযেসন তৌবদগী ঙাকথোকই। মুংশিৎ চংহন্দনা চেরশিন্না মথুম থুদ্বীদুনা মতম কুইনা মচু মাংহন্দনা লীবা ঙম্মী।

## প্রীজার্ভেসন ওফ জুলোজিকেল স্পেসইমেন

জুলোজিকেল স্পেসইমেনশিং অসি চাওরাক্না কাংলুপ অনি থোরা খাইদোকপা যাই :— (1) ভেরতেব্রেত এনিমেল যাংলেন

শরু পানবা কাংলুপ, (ii) ইনভেবতেব্রেত এনিমেল যাংলেন শরু পান্দবা কাংলুল। কাংলুপ খেন্নবগী মতুং ইন্না প্রীজার্ভেসন তৌবগী মওং অমদি মতুদা শীজিন্নরিবা প্রীজার্ভেটিব কেমিকেলশিং অতুপ্পু খেন্নৈ। যাংলেন শরু পানবা শাশিংদি আলকোহল নত্রগা ফর্মেসন-না প্রীজার্ভেসন কেমিকেল ওইনা শীজিন্নগনি। যাংলেন শরু পানবা শাশিংগী মনুংদা লৈবা উচেকশিংদদি বোরেক্সনা প্রীজার্ভেটিব কেমিকেল ওইগনি। অচৌবা শাশিংগীদমক্তদি অরসেনিক পেষ্টনা প্রীজার্ভেটিব ওইগনি।

জুলোজিকেল সিস্পইমেনশিংদস্তু দ্রাই অমদি ৱেট প্রীজার্ভেটিব মেথোদ অনিমক শীজিন্নৈ।

### দ্রাই প্রীজার্ভেসন ওফ জুলোজিকেল স্পিসইমেন

দ্রাই প্রীজার্ভেসন অসিদস্তু মেথোদ অনি থোক্না শীজিন্নৈ :—
(i) সিমপল দ্রাই প্রীজার্ভেসন মেথোদ (ii) তেক্সিদরমি মেথোদ।

**(i) সিমপল দ্রাই প্রীজার্ভেসন মেথোদ ঃ** যাম্না চন্না পোংশক অতুগী মনুংগী মতোং লৌথোক্তুনা মথক থংবা মকু অতু কংহন্দুনা প্রীজার্ভ তৌবগী মওং অসিবু সিমপল দ্রাই প্রীজার্ভেসন মেথোদ কৌই। মসিগী মওং অসি মোল্লুসিযা অমদি পোরিফেরা কাংলুপতা শীজিন্নৈ।

**তেকসিদরমি মেথোদ ঃ** দ্রাই প্রীজার্ভেসন অসিবু সাইন্টিফিক ট'মদা তেকসিদরমি কৌই। তেকসিদরমি হাযবা ৱাহৈ অসি গ্রীককি তেক্স-দেবমোই হাযবা ৱাহৈ অনিসিনা পুন্সিন্দুনা শেম্বনি। অর্থদি তেক্স হায়বনা প্রীজার্ভেসন হাযবনি অতুগা দেরমোই হায়বনা এক্সতরনেল লযার এনিমেল হায়বনি। শয়া হাযরবদা মপান থংবা উনশাবু লীবা হাযবনি। শন্দোক্না হায়বা তারবদি অশিবা শা-উচেকশিংবু শিরবা মতুংদা উনশা খোক্তোকতুনা হান্নগী মওং অতু

বরিমত্তা কাইহন্দনা শেমহুনা অহিংবা মান্না প্রীজার্ব তৌবগী মওং অসিবু তেকসিদরমি কৌই। তেকসিদরমি তৌবগী মওং অসি চাও-বাক্লা অনি থোক্লা খাইদোকপা যাই :— (i) স্কিননিং (ii) মাউন্টিং।

(i) **স্কিননিং ঃ** মসি অশিবা শা উচেক্কী শউন খোক-তোকপবু খংনৈ।

**মাউন্টিং ঃ** খুৎশেমগী হকচাং শারগা খোত্তোকলিবা মকু অহুবু যোমশিন্দুনা অহিংবা মান্না থম্ববু মাউন্টিং হায়না খংনৈ।

যাংলেন শরু পান্দবা জীবশিংগীদি অতৈ জীবশিংদগী স্কিননিং অমদি মাউন্টিং তৌবগী মওং অসি খেন্নৈ। খুদম ওইনা পম্বা তারবদা স্কাযলুম আরথোরপাদা দা লৈবা র্কব, প্রোবো, লোসটর, স্প্যাইদর র্কব, সক্রোপিওন, কিং র্কাব মখোইশিং অসিগী মকু খোকপদি লুশমদা কক্লগা মশাগা মকোক্কা তোঙান-তোঙন্না তাহন্দুনা মনুংদা যাওরিবা মতোংগী শরুক অহু ফোবমেপ নত্রগা মচিন তুম্বা থাং মচানা শেংনা লৌথোকপিগনি। লৌথোকপা লোইববা মতুংদা ৭০-৯০% আল-কোহল নত্রগা ১০% ফোবমেসন দা মশা পুম্নমক লূপশিনগনি অহুগা নতোং লৌথোকখিবা মফম অহুদা লশিংনা হান্নগী মওং অহু তানবা হাপচিনগনি। হান্নগী মওং তাববা মতুংদা ফেবিকোল নত্রগা বুইক যিক্লনা মকোক্কা মশাগা ফজনা শমজিন্দুনা অহিংবা মান্না শেমবী-গদবনি।

যাংলেন শরু পানবা জীবশিংগীদি পুকলোম থংবা শরুক্তা অমাংথোংদগী হৌহুনা থবাক ফাওবা কাতি নত্রগা হেলেদনা মথকথংবা উনশা অহু ককথৎকনি। মখোংগী শরুক অমদি মমৈগী শরুক অহু হান্না তোংশাদগী লৌথোকনি। মথংদা মশা নত্রগা খুৎমাংগী শরুক অহু অমুক তোংশাদগী লৌথোকনি। অরোইবদা মকোক্কী শরুক মিৎ, নাকোং, নাতোন অমদি চীন্বানগী শরুকশিং অহু শেগাই তুগাই যাও-দনবা যান্না চেকশিন্না সকলদগী লৌথোকনি।

য়াংলেন শরু পানবা শাশিংগী মন্নুংদা লৈবিবা ভাগী জাৎ, লীনগী জাৎ অমসুং উচেক্কী জাৎ মখোইশিং অসিদি স্কিননিং লোইৱগা মাউন্টিং তৌবা য়ারে। অচৌবা শাশিংদি স্কিননিং লোইবগা ভেন্নিং প্রোসেস তৌদুনা চযোল অমা কেমিকেলদা তিংদুনা থমগনি। চয়োল অমগী মতুংদা ঈশিংদা শেংনা চামথোক্লুনা উনশা অদু উবমদা মওং কাইদনা কংনবা ফোগনি। মসিগী মওং অসিবু ইংলিসতা তেননিং প্রোসেস কৌই। তেননিং প্রোসেস লোইরগা মাউন্টিং তৌবা যারে। মাউন্টিং তৌবগী মতংদি যাংলেন শরু পান্বা শা খুদিংমক চপ মান্নে। মন্নুংদা যাওরমলিবা শদোংগী শরুক অদুগা চাওবা মান্ননা খুৎশেমগী হকচাং অমা লং, তরা উ, লশিং, প্লসতর ওফ পেরিস অমসুং পেপর মেইচনা শাগনি। মথংদা উনশা অদুগী মন্নুং থংবা শরুক্তা আবসেনিক পেষ্ট যাম্না যডনা তৈগনি অদুগা খুৎশেমগী হকচাং অদুদা যোনশিন্দুনা অহিংবা মান্নবা শেমগনি। হান্নগী মওং তাববা মতুংদা যেৎতুমনা অককপা মযম অদুদা যাম্না ফজনা ফোৎচিনগনি। অবোইৎদা চান্নবা গ্লাস আই হাপ্লুনা নাতোন, চীন্বান অমদি মিৎকী মচু তৈবীদুনা অহিংবা মান্নবা শেম-গনি। শেম্বা লোইরবা মতুংদা ম্যুজিযমদা নত্রগা ইজুকেসেনেল ইন্সটিটিয়ুসনশিংদা যেংননবগীদমক্তা থম্না যারে।

## ৱেট প্রীজার্ভেসন ওফ জুলোজিকেল স্পেস'ইমেন

আলকোহল অমদি ফোরমেলিন প্রীজার্ভেটিব কেমিকেল ওইনা শীজিন্নদুনা জুলোজিকেল স্পেস'ইমেনদা মখুম চেৎনা খুমদুনা মতম কুইনা মশা পৎথ-পুমথহন্দনা প্রীজার্ভ তৌবা ঙম্মী।

যাংলেন শরু পান্দবা কাংলুপ্তা লৈবা স্পেস'ইমেনশিংসি চাও-রাক্লা যিজলুম ১০ থোক্লা থাইদোকই। যিজলুম খেন্নবগী মতুং ইন্না শীজিন্নগদৌরিবা প্রীজাব ভেটিব কেমিকেলগী চাং অমদি কেমিকেলসু খেন্নে।

(১) প্রোটোজা :— ৫০% আলকোহলনা প্রীজার্ভেতিব কেমিকেল ওইবগা চয়োল অমা কেমিকেলদা তিংদুনা থমগনি। মথংদা ৭০-৯০% আলকোহলদা প্রীজার্ভেতিব স্পেস ইমেন তাবদা হাপ্তুনা মুংশিং চংহন্দনা মখুম চেৎনা খুনদুনা মতম কুইনা প্রীজার্ভ তৌবা যাই।

(২) পোরিফেরা (স্পনজ) :— ৭০-৯০% আলকোহলদা পুং ২৪ তিংগনি। মথংদা কেমিকেলদগী লৌথোক্লগা যুমিগেসন চেম্বরদা কংদ্রিবা ফাওবা থমগনি।

(৩) কোঅলেনত্রেবতা :— কোরেলশিং অসিদি ৪% ফোরমেলিনদা পুং ২ তিংগনি অদুগা কেমিকেলদগী লৌথৎলগা যুমিগেসন চেম্বরদা নপুং ফানা কংহনগনি। অদুগা সি-এনেমোনেস অমসুং জেলিফিস কুম্বা অথোৎপা মতোং ভাক্তনা শাবা জীবশিংদি ৪% ফোরমেলিননা প্রীজার্ভেতিব কেমিকেল ওইদুনা শীজিন্নগনি।

(৪) প্লেটিহেলোমিনথেস :— ৪% ফোরমেলিন নত্রগা ৭০-৯০ আলকোহলদা তিংদুনা প্রীজার্ভ তৌগনি।

নেমাথেলমিন্থেস :— ৫% ফোরমেলিন নত্রগা ৭০% আলকোহলদা তিংগনি।

(৬) এনেল্লিদা ১০% ফোরমেলিনদা অহিং অমা তিংদুনা থম্নগা মথংদা ৭০-৯০% দা তিংদুনা প্রীজার্ভ তৌগনি।

(৭) মোল্লুসকা :— মোল্লুসকাশিংদি ফোরমেলিনগী মহুত্তা আলকোহল ওইনা শীজিন্নগনি। ৩০% আলকোহলদা নোংমা তিংদুনা থমগনি। মথংদা ৫০% আলকোহল অরোইবদা ৭০% দা তিংদুনা মতম কুইনা প্রীজার্ভ তৌবা য়াই।

(৮) ইকিনোদ্রমস :— ষ্টার ফিসসেস, সি-উরচিং, সি-ককমবরস মখোয়শিং অসিদি ৫% ফোরমেলিনদা অহিং অমা তিংলগা

মথংদা ১০% ফোরমেলিনদা তিংহনা মতম কুইনা প্রীজার্ভ তৌবা ঙনই। কাংলুপ অনি অমদি দ্রাই প্রীজার্ভেসন তৌগনি।

(৯) এরথ্রোপোদো :— এরথ্রোপেদা গ্রুপতা লৈবা স্পিসইমেন বোদি কেভিতিদগী ফ্লুইতশিংহু সেরিননা লৌথোক্কনি অদুগা ৪% ফোরমেলিন বোদি কেভিতিদা ইনজেক্সন তৌগনি।

(১০) ক্যেন্দিবিবা :— ৪% ফোরমেলিনদা অহিং অমা তিংহনা থমগনি অদুগা ফুমিগেসন চেম্বরদা কংদ্রিবা যাংবা থমগনি।

## ৱেট প্রীজার্ভেসন ওফ ভেরটিব্রেত এনিমেলস

৩-৫% ফোরমেলিনদা নত্রগা ৭০-৯০% আলকোহলদা তিংহনা মশাবু পৎথ-পুমথহন্দনা প্রীজার্ভ তৌবা ঙম্মী অদুবু স্পেসইমেনশিং অদুগী মশাগী মচুবুদি প্রীজার্ভেটিব কেমিকেলশিং অদুনা প্রীজার্ভ তৌবা ঙমদে। মশাগী মচুবু প্রীজার্ভ তৌনবগীদমক্তা মথক্তা পীথ্রিবা কেমিকেলশিং অসিগী মহুৎতা অতোপ্পা কেমিকেল শীজিন্নৈ।

**কলর প্রীজার্ভেসন :** ইং ১৯৭৯ দা কলর প্রীজার্ভেসন্দা অহান্বা ওইনা রেপতাইল কলর প্রীজার্ভেসন তৌবা হৌখি। গ্লেসেরিন, আলকোহল, মারকরি প্রীজার্ভেসন, এসিতিক এসিদ অমসুং ক্লোরোফোর্ম শীজিন্নদুনা লীনগী মচুবু মতম কুইনা প্রীজার্ভ তৌই।

ইং ১৯৮২ গী নবেম্বরগী তাং ১৭ তা মণিপুর সরকারগী ষ্টেট ম্যুজিয়মদা ফুট ১৯ শাংবা ফুট ২ কোম্বা পাইথোন অমা গ্লেসেরিন অমসুং ফোরমেলিন অনি অসি শীজিন্নদুদা কলর প্রীজার্ভেতিব তৌবা হৌখি। হৌজিক ফাওবা মশাগী মচু অদু করিমত্তা হোংদনা প্রীজার্ভ তৌদুনা লৈ। ফুট ১০ দগী হেল্লা শাংবা রেপতাইলগী মন্নুংদা লৈবা পাইথোন অমত্তা ইণ্ডিয়াগী ম্যুজিয়মশিংদা হৌজিক ফাওবগী মন্নুংদা ৱেট প্রীজার্ভেসন তৌদ্রি। মশাগী মচু অমদি

মৎ, মাংহন্দনা প্রীজার্ভ তৌবা অসিনা ছাত্র ছাত্রীশিং অমদি রিসার্চ স্কোলরশিংদা স্পেসিমেন অসুবু আইদিফিকেসন অমদি ক্লাসসিফিকেসন তৌবদা যাম্না মতেং পাংই। লাইব্রিক্কী ফংলকপা জ্ঞানগা ম্যুজিয়মদা উৎলিবা শা-ঙা অমদি পাম্বীশিংবু যেংউরগা ফংলকপা জ্ঞানগা চাংদম্নবা তাববদি ম্যুজিয়মগী শা ঙা অমদি পাম্বীশিংদগী ফংলকপা জ্ঞানদি মিৎনা পোংশক অসুবু উরগা ফংলকপা জ্ঞাননিনা যাম্না কুইনা মযেক শেংনা নিংশিংবা ঙম্মী অসুগা লাইব্রিক্কী ফংবা জ্ঞানদি পোংশক উদবনিনা যাম্না থুনা কাওখি। ন্যেচরইউরেল হিষ্টরী ম্যুজিয়মনা শা ঙা অমদি পাম্বীশিংবু মখোই মখোইনা হিংলিবৈদা লৈবম্বা ফিভমশিং অসু হাইবদি— অশুকপা জঙ্গলদা লৈবা শা-উচেক অমদি সমুদ্র ঈবোন্নুংদা লৈবা জীবশিংবু অহিংবদৌনা ম্যুজিয়ম মনুংদা থমদুনা মীয়ামদা যেংনবগী খুদোংচাবা পি। ম্যুজিয়মদা লাকলিবা মথল কযাগী মীওইশিং হায়বদি লাইব্রিক মযেক চৎপা-চৎতবা অমদি অঙাং অহল পুম্নমক্কা স্পেসিমেন অসুবু লাইনা খংহনবা ঙম্মী। অসুদসু নত্তনা মণিপুরগীদা নত্তনা পৃথিবীগী ওইনা নোংম-নোংমগী মশিং হুন্তরকলিবা, লৈরি হায়বদা ঙাইববা মতম খরগী মতুংদদি লৈরম্মী হায়বা ফাওবা খংনররোইদবা যাম্না তাংলবা শা-উচেকশিংবু শিরবা মতুংদা প্রীজার্ভ তৌদুনা ম্যুজিয়মদা থমদুনা হৌজিক্কী অমদি তুংদা লাক্কদৌরিবা মীওইশিংদা কান্নবা পি।

**কুমারী এল, ধনবতি দেবী**

ষ্টেট ম্যুজিয়ম।

## মূতুব্রা ম্যুজিয়মনা ঙাক-শেনবগী থবক্তা পায়খৎখিবশিং ঃ

- সনাংথেলগী মেগালিথিক মোনুমেন্টশিং তাম্বানা কোয়না খাজিনবা, সাইন বোর্ড থেৎতুনা মাঙহন-তাহন্দনা মীযামদা খঙহন্বা।
- চৈরাপকী অয়েকপা লাইশিং (নোংপোক ভারত্তা অমত্তা ঙাইরবা মিউরেল পেন্টিং) অমোৎপা শেংদোক্তুনা প্রীজার্ব-ভেটিপ কেমিকেল তৈত্হনা অমাঙ-অতাদগী ঙাকথোক্লবা।